# খুঙ্গং সিদা ওঝা গৌরহরি



নাওরেম গন্ধার



ফোংজবী :
নাওরেম সুমিতা দেবী
ককচিং বজার

অহানবা ফোংবা :
জুন, ২০০০

কপি মশীং — ৫০০ ( চামঙা )

মখুম অমসুং ফোটো প্রিন্ট :
ইবোয়াইমা প্রিন্টর্স
লোকলাউবুং, ইম্ফাল

মমল : লুপা ৩০ (কুন্থ্রা)



---

নম্ফম : পঙ্খৌ প্রেস, ককচিং বজার ।

# কচ্চবা

খুন্দা লৈতাফম থীবদা
অয়া পোৎলুম নমদা থোং
য়ারে কৌবদা শোনখিদবা
চীংয়া - তময়া কোয়না চৎ
য়োংশুং - য়োংশা তৌ
অয়া - লানগাই নং
সম্রাজ্যবাদি শাফু ফং
অঙম অথৌ থৌদা পু
'ককচিং' খুনশেম লৈশেম্বীরম্বা
লাইওইগুবা ইপা ইপুশিংগী
খুয়াখাদা কচ্চরি
তোল্লবগী খুদোল
"খুঙ্গংসিদা ওঝা গৌরহরি।"

———

# য়াহৌদোক

খুঙ্গংসিদি ককচিংনি। য়েলহৌঙৈদগী য়োংশুং-য়োংশা তৌদুনা মখোয় মশাগী যৌশু-শাজুং লোন লৈজবা শু-নোম্বা কনবা কাংলুপ অমনি। মখোয়না পুন্সিগী হিরম খুদিংমক ইবুধৌ থম্লাংবনা লমজিং লমতাকপীরগা পাংথোকপনি হায়না থল্লি। ইবুধৌ থম্লাংববু চেংনা শাগোম্লজে, নোংমগী থুরুম্বা কাওজদে। মিং মাম্লবা খুঙ্গং কয়াম্ভু মণিপুরগী অতৈ মফমশিংদা লৈরি। খুঙ্গংশিং অসিগা করি মরি লৈনরম্বগে হায়বদুদি অখণ্ড অহৈ থর হেন্না থীজিনবীরিবশিংগী অকুপ্পা য়ারোল ওইরসন্নু। হৌজিক্কী ওইনা লাইরিক অসিগী মিংথোন্দা য়াওরিবা ককচিং খুঙ্গং, ইম্ফালদগী মৈরম পাংনা কি: মি: ৪৪ মুক নেসনেল হায়রে ৩৯ তুংইন্না চংলগা শুগ্নু লম্বী হৌগংলকপদগী মচিন-মনাও চীঙলক ফাওবদা থুন্দারিবা অসিবু খঙনগনি। হৌজিক লৈরিবা মফমসিদা কমদৌনা থুন্দা লৈতাদুনা লৈখিবগে হায়বগী তোঙান তোঙানবা য়ারী কয়ামুক লৈ। অদুবু য়া কোম্নুংদা মতম কুইনা পণ্ডিত অচৌবা ওইনা প্রজাগী সেবা তৌবীরম্বা লাইওয়খ্রবা নাওরেম অমুয়াইমগী মত মহাক্কী "ককচিং খুম্হোকলোন" দা পীরিবন্থু মপুং ওইনা থাজনৈ। পণ্ডিত অচৌবগী য়ারোলদা :—

"ককচীঙনা থৌপান্দা খুন্দারিবৈ মতমদা মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবনা সীথোং থিংঙেন্দা থুমথোং য়েংবা লাকপদা লমথাংদা ককচীঙ মুপা অমা ওক্লররে। মানা থল্লি নিংথৌদি লাইনি। উনবদা করিগুম্বা খুদোনপোৎ অমা কত্তবা য়াদে হায়দুনা খোংবান্দা হৌবা হুপ মতোন অহুমদং থৎতুনা নিংথৌদা কৎলি। নিংথৌনা হায় ককচিঙ মুপা নঙনা ঐঙোন্দা হুপ পীবা করিগীনো হংই। ককচীঙ মুপা অহুনা খুমজৈ। লাইনিংথৌ নিংথৌদি লাইনি। উনবদা করিগুম্বা খুদোনপোৎশক অমা কত্তবা তৌহৈদে হায়না অহল লমনশিংনা তাকপী। ঐদি ঙসি লাইনিংথৌগা উনগনি থংজদবনা করিস্সু য়াওজরক্কে মিংনা উবা অফংবা হুপ মতোন অসিনা খুদোল ওইনা কচ্চরিয়ে হায়না খুরুমজবদা নিংথৌনা পেনবীরদুনা নঙ নিংথৌবু লাইনি হায়বা থনবা ওইরে নঙ বুদ্ধি ফৈএ নখুন্দা বুদ্ধিরাজ হায়না নিংথৌ ওইরুরো হায়না হাপ্পীরকপদগী মহাক্কী মমিং উপাধি লৌদুনা ককচিংদা মথং মথং নিংথৌ ওইরকপা খুদিংবু বুদ্ধিরাজ কৌনরিবা অসিনি। মিয়াং হায়বা পুয়াদা ইরি।"

পণ্ডিত অচৌবগী মত মতুংইন্না ককচিংনা থৌবালদগী হোংলক্লগা কেরচীঙদা খুন্দারবসি গরিবনিৱাজ মহারাজ সনা হাকথক্তনি। মতমদুদা ককচিংদা পানখিবসি শমুরোইবা নিংথৌনি হায়। নিংথৌসিগী মতমদা ঈথৈ লৌথোং তৌদুনা সেকমাই তুরেল পল্লেন্দগী ঈশিং ঈথায় লৌদুনা লৌউ-শিংউগী থবক মপুং ফানা চাওখ্বৎনবা থৌরাং লৌথৎপা হৌখি। শমুরোইবা নিংথৌ শিথ্রবা তুংদা এংথোম হেরাবু ককচিং নিংথৌ বুদ্ধিরাজ হাপখি। নিংথৌ অসিগী হাকথক্তগী কেরচীঙদগী হৌজিক খুন্দারিবা মফম অসিদা হোংলকখি হায়নসু পণ্ডিতনা তাকপীরম্মী। শুগু রোদকী মথাদা ককচিং খুল্লেন অতুগা অৱাংদনা ককচিং ৱাইরি হায়না খঙনখি।

ককচিং খুল্লেল অমসুং রাইরী অনিগী ওইবা তোঙান-তোঙানবা ফম্নাইবশিংগী লোইশঙ লৈবাকী রায়েল বীচার তৌনবা অমদি খুলগী ওইবা চহিগী হরাও কুম্মৈ, চাওখং থৌরাংগী থৌশিল কয়া য়েংশিন্নবা লৈরম্মী। মরুওইবা ফমশিংদি ঃ— নিংথৌ, সেনাপতি, খুল্লাকপা লাঞ্জিংবা, পাখংলাকপা, নহারাকপা অম্সিনচিংবা। ফমশিংসি য়া কোন্নদগী হাপ্লকপনি। ফম্নাইবশিং অসিগী চৈরাক মথাদা চহি খুদিংগী ঈথৈ মরু থিংবা, ঈথৈথোং তেংবা অমদি খুল্লকী লম্বী ময়াম পুন্না শুমিন্নতুনা শেমজিন শাজিন্নবগী থবক পাংথোক্লম্মী। ফম্নাইবশিংগী সংস্থান লৈথিদ্রবা তুংদসু ময়াম পুন্না শুমিন্নতুনা অপুনবগী ওইনা কান্নগদবা থবক থৌরম লিংজেল মান্নবা পাংথোকপগী রাখল্লোন্দি হৌজিকসু অহুম লৈরি হায়না লৌবা য়াই।

য়োংশুং-য়োংশাগা লোয়ননা লৌউ-শিংউ থবক ইথ্নাংদসু খুমাং চাওশিল্লকপা অচৌবা খুঙ্গং অমা ওইনা খওনরকখিবদগী ইম্ফাল অমসুং অতৈ লমদগী লল্লোন-ইতিকী কারবার তৌবা মীওইশিং ককচিংদা তারকখি। মহৈ মশিং তম্বগী লমদদি ককচিং অতৈ তম্পাকী শামান্নবা খুঙ্গংশিংদগী থর থীন্থখিবগুম তৌই। বৃটিশকী পোলিটিকেল এজেন্টনা লৈঙাক শাসন তৌরিবৈ ইং ১৯০৪ দা লিংখৎখিবা এল,পী, স্কুলশিংগী মনুংদা ককচিংদসু ষ্টেট এল,পী, স্কুল অমা লিংখৎখি হায়না লৌনৈ। নিংশিংবা কনবা খুলগী থবক ইথ্নাংদা থরায় য়াওবীরম্বা লৈথিদ্রবা ইপল ইবুংঙো নাওরেম ইবোতোন সিংহনা হায়বীরম্বা মতুংইন্না কোংথাম অমুবা, হিজম চাওবা, অমদি হৈক্রেজম নোবীন অহানবা ওইনা ইম্ফাল অমদি অতোপ্পা খুঙ্গংদগী ককচিংদা ওঝা ওইবা লাকখি।

স্কুল অসিদা তমখিবা অঙনরা মতমগী মীওইশিং থর হায়বা তারবদি নাওরেম অঙাংমচা, পুখ্রম্বম কামদেবো, নাওরেম অমুয়াইমা, ক্ষেত্রিঃ বোকুল, থোকচোম শ্যামোনচিংবা অহলশিং অসি ওইগনি। মরমদি হায়রিবা অহলশিং অসি লমদমসিগী ওইনা ষ্টেট এল,পি, স্কুলগী ওঝা ওইনস্থ অমদি খুল্লক্কী ওঝা ওইনা খ্বাইনা ব্যাবহার তৌনরম্মী। খুদম অমনা ইং ১৯২১-২২ গী মীকোক থীবা য়াওবা ওঝাশিংদা সরকারনা শকথঙচে পীরম্মী। হায়রিবা শকথঙচে অসি পুখ্রম্বম কামদেবোস্থ ফংখি।

ক্লাস টু ফাওবা তম্নবা ষ্টেট এল, পি, অমদি লৈরে। স্কুল অসিদা তম্লগা ক্লাস টু পাস তৌরবা ছাত্রশিং কদায়দা তম্বা হায়বা রাখল লাকখি। মতমতুদা এল, পি, তম্বা লোইরগা মথা তমথবা তারবদি ইম্ফালদা চৎলগা ইউ, পি, নত্রগা এম, ই, স্কুলশিংদা তম্বা তারম্মী। মতুস্থ অরুবা ফিভম অমনি। শেল-খুমগীতা নত্তনা চৎথোক-চৎশিন অমদি লৈফমগীদমক খুদোংচাদবা কয়া লৈখি। অয়াম্বনা লাইরিক মথা তমথদনা তোকপা তাখি, তোক্লখি। অহল ওইবশিংনস্থ মচা-মশুগী লাইরিক লাইস্থ তম্বদা পুক্নিং কয়া চংনরমদে।

ইং ১৯৩০ হৌগৎলকপগী মতুং চহি থরদা এম, ই, স্কুল অমা ককচিংদা লিংখৎনবা কন্না হোৎনখি। মতম অতুদা ইম্ফালদগী সরকারগী থবক তৌবা শক্লাইরবা মীওই অনিথক ককচিংদা লৈরম্মী। হকশেল বিভাগকী ককচিংদা পোষ্টিং তৌদুনা লৈরম্বা ডাঃ এল কৃতি সিংহ অমস্থং কোইজম বীরহরি সিংহ কম্পাউণ্ডরনি। ককচিংগী অহলশিংনা ঙসি ফাওবদা মথোয় অনিবু থক কাওদ্রি শরু-শোন্নরি লমদমসিদা

মহৈ-মশিং তম্ফমশঙ লিংখৎপদা অমসুং হয়াও কুম্মৈগী মপুং ওইবা ড্রামা হৌদোকপদা লময়ানবীরম্বা ওইনা। মখোয় অনিগী লুচিং মথাদা টিকেৎ য়োল্লগা অভিমন্যু বোধ, বক্রুবাহন, মেঘনাদ বোধ, সিতা বনবাস ড্রামা কৃষ্ণচন্দ্রজিউ মাণ্ডব অমদি প্রাইমারি হেলথ সেন্টর কম্পাউণ্ডদা শান্নখি। ড্রামা লিংখৎখিবা অমসুং শান্নখিবগী মরুইবা উদ্দেশ্যদি ককচিং লমদমগী নহারোল ছাত্রশিংনা নিম্ন প্রাইমারি পাঠশালা লোইরগা ইংরাজি স্কুল মথা তমথনবা লৈতবগী অরাবা কোক্লবা প্রাইভেৎ এম, ই, স্কুল অমা লিংখৎপদা মতেং পাংনবনি।

থোরাং অসিগী মথাদা এম, ই, স্কুল বিল্ডিং অমা চুম্নাং ফৌশুপাৎ লৈকাইদা ফুট ৬০´X১৬´ চাওবা শঙ অমা শাগৎতুনা ছাত্র ১০-২০ মুক তম্বা হৌখি। লাইবক থীবদি অনিশুবা লাঞ্জাওদা জপান্না বোম থাদরকপদগী লৈবাক কাইবা লোয়ননা লালগী ময়াম অমা পৈশিল্লকপদগী স্কুল শঙ ফাওবা লাম্মীশিংনা লৈশিনখি। অমুক্না স্কুলতু হৌগৎলকপগা লালগী অমাং-অতা থোকপদা অতুম য়াওখ্রে। লাল মন্নুং চহি ৪-৫ রানা থাঙনখি। থর নেমথখ্রবা মতুং ১৯৪৫ গী ডিসেম্বর থাদা এম,ই, স্কুল অমুক নৌহৌনা ককচিং খুল্লেল শঙ্গাইয়ুম্ফমদা লিংখৎতুনা চাং নাইনা লাইরিক তম্বা হৌখি। ভারত নিংতম্লবা মতুংদগী মহৈ-মশিং তম্বগী থবক খুমাং য়াম্না চাওশিল্লকখি। এম, ই, স্কুলদগী ক্লাস মথং মথং হাপকৎতুনা হায়স্কুল অমা ওইরক্লবা শেমগৎ-শাগৎপগী লুরবা তাংফম অমদা ফানজোবম গৌরহরি সিংহ রাংথৈ, ইম্ফালদগী ইচম-চম্বা ওঝা অমা ওইনা খুঙ্গংসিদা লাকখিবনি।

ওঝানা ককচিংদা লৈবীরম্বা মতমগী অত্তেনবা রারী অমনি, মপুম্ন কাবা পুন্সি রারী নত্তে। গুন কম্নানা লৈতেংলবা ওঝাগী পুন্সি শক্তম মপুংফানা ইনবগী ইতিক লৈজদে। থমজরিবা রারেং মচাসিস্ন নিংশিংজহৌবা অমম্নুং ককচিং হায়স্কুলগী অওনবা মতমগী হেডমাষ্টর মহৈ-রোয়শিং অমদি ওঝাগা মতম কুইনা লোয়নবীরকপা ওঝাশিংনা নুংশিবীজুনা তাকপীরকপা রারোলশিংদা য়ুম্ফম ওইবনি। অশোয়বা অমদি চিংথহোবা কোঙ্গায় য়াওরমগনি।

ককচিং হায়ার সেকেণ্ডরি স্কুলগী ওফিস ষ্টাফনা ওঝাগা মরি লৈবা রিকোর্দ থর য়েংবা ফংহনবীথিবগীদমক তৌবীমল থওবা উংচরি।

'পস্থো প্রেচ্ছ' ককচিংনা মতম চানা লাইরিকমচা অসি নম্বা লোইশিনবীবগীদমক্তম্ন প্রেস অসিদা থবক তৌবীরিবশিংবু থাগৎপা ফোংদোকচরি।

তাং ১৬/৬/২০০০ ইরাই, স্নানযাত্রা নাওরেম গম্ভীর

# ১

# ককচিং হায় স্কুল শেমগৎলকপা

পৃথিবীগী অনিশুবা লাণ্ডাও, মনিপুরদা জপান লান হায়নসু থঙনবা, অসি জপান্না দিসেম্বর ৭, ১৯৪১ দা পেসিফিক মহাসাগরগী অমেরিকা অমসুং বৃটিশনা থুন্থুম চনশিনখ্রবা লমদমশিংদা লান্দাবা য়াওশিনখিবদগী হেন্না কনশিনবা লানফম অমা ওইরকখি। জপান্না হেন্না শক্তি লৈনা চঙশিল্লকপা থিংননবা অমত্তা ওাইরবা এলাইদ ফোর্সকী লাঞ্জংদি অম্রাং নোংপোক লমদমগী (বৃটিশ ইণ্ডিয়াগী) মরুওইবা মফম থরদা এরোড্রোম শাগৎতুনা চাইনা-বর্ম্মা-ইণ্ডিয়া লানফমশিংদা হকথেংননা থৌদাং লৌরিবা অমেরিকান এয়ার ফোর্সনা লানগী খুজু-খুৎলাই অমসুং চান থরুবা পুথোক পুশিন য়ানবা নোংথকী লম্বী হাংনবা হোৎনবনা ওইখি। অসিগুম্বা থৌরাং অসিগী শরুক অমা ওইনা ককচিংগী নোংপোক্তা লৈরিবা মরুওইবা লোকোন লৈঙাঙপাৎ, তেরা, লেংবা, কোনশাং, খুরাইলাকপনচিংবগী অকোয়বা লমদম অসিদা 'পল্লেল এয়ারফিল্ড' শাগৎখি। লান মন্নুংদা পুশিল্লকখিবা লান্মী অমসুং খুজু-খুৎলাই অঙকপা ফংনা পৈশিল্লকখি। খুদক খুদক্কী লৈফম চাকম শেন্নবা তঙাইফদনা স্নুমাক লৈকাইদা খুন্দারিবা মীয়ামদা অকনবা চৈথেং পীখি। লাঞ্জেনবা ওইনা মফমসিগী মীয়াম্না খুদোংচাবা য়েংতুনা ককচিংগী ঈরুম নিংথৌ পাৎ, খুঞ্জাপাৎ অমদি শঙ্গাইযুম্ফমদা খুন্দাত্নুনা লৈনখি।

ইং কুমজা ১৯৪৫, আগষ্ট থাগী ৬ অমসুং ৯ দা এলাইদ ফোর্সনা নোংথক্কগী জপান্দা এতোম বোম থাদদুনা হিরোসিমা অমসুং নগাশাকি অকিবা ফংনা মাং-তাকহল্লবা তুংদা বর্লিন-রোম-টোকিয়ো একসিস এলাইদ ফোর্সতা চংজথি। অনিশুবা লাঞ্জাও মনুংদা ককচিং লমদমদসু অশি-অনা কয়া নংথি, যুম-কৈ, শা-ষণ, লৌ-ইংখোল কয়াসু অমাং-অতা থোকথি। তুং কোইনা অরাবা থৌদোক অমা ওইনা রারীনথিবা অমদি মহৈ-মশিং হৈবা লৈতবদগী পৃথিবীগী জাতি কয়ামুক্কী তিল্লরিবা মীওইশিং অদুগা রা ডাঙনদুনা অনিংবা কয়ামুক ফোংদোক্লবগী উপাই লৈথিদবগী অরাবদুনি। মহৈ-মশিং তম্বা মীওই ইরৈ লৈরমদবা নত্তে। লান মমাংদা ককচিং লমদমগী ওইনা মেত্রিক পাস তৌবা য়াওখ্রে, মথোয়দুদি: (১) নাওরেম চন্দ্রমনি সিংহ অমসুং (২) মোইরাংথেম শুনো সিংহনি। লাঞ্জাও অসিগী হেক মমাং অমসুং মনুংদা মেত্রিক লোইগদবা ইম্ফালদা লৈফম চাফম খুদোং চাদবা কয়া থাঙদুনা মহৈ তমথিবা অহল লেংগা থর পনবা তারবদি অস্নুমা নিংশিংবা য়াই— ময়াংলম্বম বীরহরি সিংহ, নাওরেম নরহরি সিংহ, ময়াংলম্বম হেরাসিংহ, ক্ষেত্রিময়ুম গন্ধসিংহ, ক্ষেত্রিময়ুম মধুচন্দ্র, ময়াংলম্বম সুধিরসিংহ, পুখ্রম্বম ভবত সিংহ, পুখ্রম্বম তোমচৌ সিংহ অমসুং নোংমাইথেম যাত্রা সিংহনি। মতমদুগী ওইনদি হায় স্কুল ফাওবগী থাক য়ৌনা মহৈ-মশিং তম্বা হায়বসি রাম্মা লাইবক ফবা খ্বাইনা শকথঙনরবা মীশক ওইনা শিংথানরম্মী। মথোয়না ইম্ফালদগী মেত্রিক লোইশিন্দনা হল্লকথিবগা লোয়ননা লান মনুংদা হিন্দি, ইংরাজি ঙাংবা হৈতবদগী থেংনথিবা অরাবা নংথিবা খুঙ্গংগী অহলশিংনা হৌগৎলক্লিবা মীরোলশিং মরুওইনা মচা-মশুশিং মহৈ-মশিং তমহন্নিংবগী ঈথিল ফাওথি। মরম অসিগীদমক হায় স্কুল অমা

ককচিংদা থম্মনবা অকনবা ঈহৌ অমা মথক্কী লাইহরিক লাইশু হৈরবা মীওইশিং অসিগী লিচিং মথাদা শাগংখি। অহানবা খোঙথাং ওইনা শঙ্গাইয়ুম্ফমদা লাল মম্নুংদা খুন্দাখিবা য়ুমশিং হান্নগী মাগী মাগী লৈফমদা চংখিনবা তরুখি। মশানা য়ানিংনা চংনখিবা য়াওই, থরদি কেশনচিংবা থেংনহুনা মথা তানা লৈথনবা থাঙনখি। মীয়ামগী অফবা ঈহৌ ওইবনা প্রজানা ঙমখি, শঙ্গাইয়ুম্ফমদা স্কুল গ্রাউণ্ড শেমগৎতুনা ১৯৪৫ দা ককচিং হায় ইংলিস স্কুল লিংথংখি।

স্কুল অসিদগী হৌখিবা অঙনবা মতমগী মহৈরোইশিংগী মতুংইন্না স্কুলসিদা অহানবদা ক্লাস ৱানদগী হৌরগা এম, ইগী থাক ফাওবা তয়রম্মী। মথক্কী লাইরিক লাইশু হৈরবা খুঙ্গংগী মীওইশিং অয়াম্বা স্কুল লিংখৎপগী থৌদাং লৌবগা লোয়ননা মহৈ-মশিং তম্বীবগী থৌদাংসু লৌবীহুনা ওঝা ওইবীরম্মী। বি, এ, পাস তৌরবা ওঝা ফংবা ফংদবগী মতুংইন্না ক্লাস মথং মথং হাপকৎপা তারম্মী। মতম অহুদদি লরায় ইম্ফালগী খেন্নবসি অম্সুক্কী মত্তিক ৱাংখ্রে মহুদি হরাগাড়ী চাং নাইনা চেনবা লৈরমদবনা চংথোক চংশিনগী অমসুং লৈফম চাফমগী খুদোং চাদবা কয়া ইম্ফালদগী লাকপীনিংবা ওঝাশিংনা মায়োক্লবা তাখি। মহৈ-মশিং তম্নবগীদা নত্তনা লল্লোল ইতিক্কী মরমদসু খোঙনা নত্ৰগা যণগাড়ীদা চংনরম্বনি। খুঙ্গং অমা ওইবগী থমথেংনা চাওথৎত্রিদৈ মতম অমনি। অহুগুম্বা মতমহুগী খুঙ্গংগী পুন্সি হিরম খুদিংদা শোত্থনা হিংলিউ মতমদা লৌশিংগী মঙাল পীবীনবগীদমক অৱা কোঙ্গাই থাঙবীহুনা সহরদগী অমদি খুঙ্গংদগী ককচিং লমদমদা ওঝা ওইনা খোঙদাবীরম্বা অমসুং মহৈ-মশিং শন্দোকপীরম্বা লময়ানবশিংবু ঙসিগী মীরোলনা কাওঙম্নরোই।

মতম, মহাক্কী চোকথবা নাইদ্রবা খোঙচত্তা অস্মুম পোত্থাদনা চংথি। পুরকথি অঙনবা কয়াগ্র মতম মাগী খোঙচং তুংইন্না। থৌদোক কয়াস্মু খোকথি নিংশিংহুনতা নৈনিংবা, কাঙথি নিংশিংনিংবা কোঙ্গাই অমা, মতমদি কনাগীস্মু য়েক্লবা নত্তে। মহাক্কী খোঙচং তুংইন্না তাইবং শিন্থা পাংথোকউ পাওজেনবতনি। ঈশ্বরমক্না পীনবীরকপা শিন্থা অমা থুঙ্গংগী লমদমদা পাংথোকউদবা য়াদে হায়বগী মতাগুম ফাঙ্গাউবম গৌরহরি সিংহ বি,এ, ইম্ফাল রাঙ্খে মৈহৌরমদগী ককচিংদা হুং কুমজা ১৯৫২ গী নবেম্বর ১৮ দা ককচিং হায় স্কুলগী ওঝা অমা ওইনা থুংলথি। মহাক্না থুঙ্গংসিদা থুংলবসি মফমসিগীতা নত্তনা থৌবাল তহশিলগী খা থংবা শরুক অমদি তেংনৌপল এরিয়াগী ওইনা মহৈ-মশিংগী লমদা য়াম্না মরু ওইবা ইতিহাসকী তাঙ্কক অমনি। অমরোমদা তুংদা অরাংবা থাক্কী মহৈ-মশিং চাওখৎনবগী মরূ হুনবীরগদবা ঈশ্বরগী হুত অমা থুংলবনি হায়না লৌবস্মু য়াই। মরমদি মতমহুগী থুঙ্গংগী অবস্থাহুদা মশাগী ওইজবা থিদনা অমদি সরকারগী থবক্তা চঙনবগী থুদোংচাবা কয়া ফংগ্রবস্মু মীহৌবা তৌদনা থুঙ্গংদা মহৈ-মশিং শন্দোক্লবগী অনিংবা অমা য়াওনা শাংলবা পুন্সিগী মমল য়াম্লবা তাঙ্কক অমা লেনখিবা তাঙলবা ওজা অমনি ককচিং লমদমগীদি। অথাঙ কনবা ওঝাগী গুন্না পীনবীরম্বা সমাজ সেবাগী থবকশিং অসি নংলমত্রবদি ঙসি লমদম অসিনা ফংলিবা মহৈ-মশিংগী চাওখৎ-থাক অসি মতম থরদং ওইরবস্মু থীম্বরমগনি।

থুঙ্গংসিগী পুন্সিদা কাওঙমলবোইদবা কুম অমদি ১৯৫০ নি। ভারত শিনবা থুংনা প্রজা মীয়ামগী পুক্লিং মথুম-মরাং হৌরকথিবা চহিনি। মীয়ামগী মীহুৎনা শাসন তৌনবগী নৈঙাক পথাপ চংনবগী

হৌদোকখিবা চহি ওইবনা ভারতকী অহানবা রাষ্ট্রপতি ডাঃ রাজেন্দ্র প্রসাদনা রেডিওগী থোঙদা জাতিদা পাওজেল পীথি। ১৯৫০ গী জনুয়ারি থাং ২৬ তনি। মতম অসি ককচিং লমদমদা মনিপুরগী শক্লাইরবা রাজনিতি লুচিংবশিং পার্টি অয়াম্বগী থোঙদাবা কল্পা হৌগৎলকপা মতমনি। অমরোমদা রাজনিতিগী ওইবা থবক থৌরম কয়াদা খুঙ্গংশিংগী অহল-লমনশিংনা পুক্লিং চংনা য়াওশিল্লকপগী তাঙ্কক অমা হৌরকপনি হায়না লৌবম্ব য়াই। কংগ্রেসকী মরুওইবা অহল লমনশিংনা অশিল-অরাং তৌদুনা ককচিং কৈথেল মতমদুদা খুঙ্গা ১২ গী কৈথেল কৌরম্মী, অসিগী ময়াই ওইরপ মাইক পান্দুনা রায়ারলেস রেদিওগী অথন্নবা রিপব্লিক ডেগী থৌরম প্রজা মীয়ামদা তাহনখি। খুঙ্গংসিগী ওইনা অহানবা থেংনবা অঙকপা ঈ-পাওগী থৌদোক্লি। অমুম্না রেডিওগী পাওজেল অসি মৈতৈলোন্দা ওঝা গোপেন্দ্র শর্ম্মা এসিষ্টেন্ট হেড মাষ্টর ওইবীরম্বনা হন্দোকুনা মীয়ামদা তাহনখি। মশামক থাদিগী ফিজোল তরু-তরু শেং চাবা গান্ধিজম থাজবা ওঝা অমনি। হায়রিবা ওঝা ইবুংঙো অসিনা ওঝা গৌরহরি ককচিংদা পুথরকখিবনি হায়না থাজনৈ। ক্লাস নাইনগী ছাত্রশিং ইংলিস তম্বীনবা অহানবা ওইনা ক্লাস চংবদা ওঝা গোপেন্দ্র শর্ম্মানা ওঝা গৌরহরিবু অমুম্না শক্তাকখি— "ফানজোবম গৌরহরি সিংহ ইম্ফাল রাংথৈদগীনি, বি, এ, নি। মহাক অচৌ-অশাং ইমুংদগী হৌরকপনি।" ওঝানা ককচিং হায়স্কুলদা চঙলকখিবা মতমদা কমিটিগী মরু ওইবা মেম্বরশিংঃ

| | | |
|---|---|---|
| ১। | মোইরাংথেম অমুবা সিংহ | প্রসিদেন্ট |
| ২। | থিয়াম শেখর সিংহ | হেড মাষ্টর |
| ৩। | নোংমাইথেম যাত্রা সিংহ | ওঝা |

| | | |
|---|---|---|
| ৪। | ক্ষেত্রিময়ুম ইবোতোন সিংহ | ময়াই লৈকাই |
| ৫। | পুখ্রম্বম তোম্বা সিংহ | নিংথৌ লৈকাই |
| ৬। | ক্ষেত্রিময়ুম গন্ধসিং | মখা লৈকাই |
| ৭। | থাঙেনবম বীরচন্দ্র সিংহ | ভেটেরিনরি সর্জন |
| ৮। | নাওরেম গন্ধ সিংহ | খুনয়াই লৈকাই |

স্কুল কমিটি অসিনা ফমথিবা তাং ১০/১২/৫২ ইংগী মিটিংদা স্কুল বিল্ডিং কমিটি অমা শেমতুনা স্কুল অসিগী শঙ শানবগী ফৌ থোমগংতুনা বিল্ডিং ফণ্ড শেম্নবগী থৌরাং অমা থন্নবা হৌথি। কমিটিদা অনৌবা মেম্বর অহুম হাপচিনথি। মখোয়তুদি:— ১) ডা: ভারত রোয় ২) পুখ্রম্বম ভরত অমসুং ৩) ক্ষেত্রিময়ুম বোকুলমোহোরি নি।

ইংলিস তম্বীনবা গ্রেজুয়েৎ ওঝা অমা ফংবদগী কমিটিনা সেসন ১৯৫৩-৫৪ দগী ক্লাস নাইন হাপ্নবা অকনবা রারেপ লৌথি লোইননা মপুং ফারবা হায়স্কুল অমা ওইনবগী থোংথাংদা চংশিল্লকথি। চহিসিদা ক্লাস নাইন তম্বা হৌবগী শক্লাইরবা মহৈরোই থরদি— নাওরেম কুঞ্জবাপু, নোংমাইথেম ইবোচৌ, পুখ্রম্বম গৌরো, য়াম্বেম ভৌমু দেবী অসিনচিংবনি। মতম অসিরাইদদি এম, ই, গী থাক ফাওবা লোইখ্রবা ছাত্রশিংনা মাগী মাগী খুদোংচাবা য়েংতুনা ইম্ফাল নত্রগা রাবগাইদা চৎতুনা হায়স্কুল তম্বা য়াওবন্মী। ফিভম অসিনা করিগুম্বা মওং অমা নত্রগা অমদা হায়স্কুল অমা ওইররুবগী হোংনবদা অকায়বা অমত্তা লৈরমদে মরমদি তমগদবা ছাত্র ছাত্রি মশিং মরাং কায়না লৈরন্মী।

ওঝানা ককচিং হায় স্কুলদা চংলকপা মতুং থা তরুকমুক শুরবা মতমদা ককচিংদা অরাবা থৌদোক অমা থোকথি। ইং কুমজা ১৯৫৩ গী

এপ্রিল থা লোইরমদাইদা গোষ্ঠিময়ুম তুথোই শর্মা মাণ্ডব মথা লৈকাইদা লাইরালহৌবদা অচৌবা মৈহৌ-লাংপোক অমা থোক্লুনা লাইশঙ, মাণ্ডব অমসুং লৈকাইছুগী য়ুম শঙ্গোয় শঙ্গোল পুন্না শঙ ৪৮ থক্ত তুম্না চাকথি। মুংথিল পোবোক্তা থোকপা ওইবনা স্কুলগী ক্লাস কায়খি। মতমহুদা ওঝা গৌরহরিনা স্কুলগী ছাত্রশিং লমজিংতুনা অনকপা ইমুংদগী কোম্ব লিক ঈশিং হোনবা পুবা য়াবা ময়াম অমা খোমগৎতুনা ককচিং মথা লৈকাই তন্না চংশিনখিহুনা মৈ কনবগী থবক্ত অঙকপা অমা ওইথি। মৈচাক, অক্রিবা ফংনা চাকথংলকপা মতম ওইবনা স্কুলগী ছাত্রশিং অশোক অপন নংদনবা অমসুং মৈ রায়ম্রিবা য়ুমশিংদগী মাল-চাং শাফগদবা মফমদা পুথোক্লবা হোৎনবদা তেংবাংনবগী পাওতাক ওঝানা পীবিখি। ঈশিং হোনবগী খুদোংচাবা লৈতবা মফমদা অমদি মীয়াম ওইবনিনা পাত্র মরাং কায়দবনা ছাত্র ওইবশিংদা ইখোলদা হৌরিবা লফূ পাম্বীশিং য়ান্দুনা অথাবা তোঙ্গা শেগায়হুনা য়ুমথক্তা কুপশিনবা অমসুং চাক্লিবা মৈথক্তা কন্দুনা মৈচাক নেমথবা ওমগস্রা হায়বগী চাংয়েং অমা ওঝানা খুদক্তা পুথোকখি। থর অহল ওইবশিংনা মৈরায়ম্রিবা ইমুংশিংদগী পোমফ্রি অমদি অথাবা ইন্নফিনচিংবা ঈশিং চোংহন্দুনা য়ুমথক্তা কুপশিন্নবা হোৎনখি। য়ুম্বু ওইবশিংগী অন্নাবদি করি অমুক হায়রুগনি, অঙাওবগুম চেন-চোংহুনা খাঙনখি। অসুম্না মৈ কনবগী থবক্তা ইচং থৌনা ওঝানা মফম খুদিং য়ৌনবা হোৎনখিবা অমসুং ছাত্রশিং অশোয়-অঙাম য়াওদনবা মীকুপ-নাহুম শিংনা শেন্নখিবা থৌওংশিং অহুগী মযক্তা ওঝাগী চুং ফিরাল চাবা রাংচাওবা শাবান, শকওই, মুপাথোকপা মতৌহুদা অনৌবা খুঙ্গংশিদা লাকপা কুইদ্রিবা ওঝা ওইজরগন্নু থৌদোক অসিগী তুংদা খুঙ্গা মীপুম খুদিংনা ওঝাবু

থঙদবা য়াওখিদ্রে। থুঙ্গা মীয়ামগা অমত্তা ওইখ্রে। মীপুম খুদিংনা ইকাই খুম্নরবা মীশক অমা ওইখি।

কুম অসিদা ককচিং তুরেল রাংমা চুম্নাংদা ককচিং হায়স্কুল শানবগী মশাগী ওইবা লম কনবা অমদি কম্প্যাউণ্ড ফজনা শেমজিন্নব থোরাং স্কুল কমিটিনা পব্লিক লিদরশিংগা লোইননা চংশিনখি। রাজকুমার স্নাজাওবা কৌবা মীওই অমগা লমগী মতাংদা য়েৎনবা থরা লৈবদগী এস, দি, সি, ওফিস থোবালদা কেশ চংথখি। মীয়ামগী ঈহৌ ওইবনা স্কুল কমিটিনা মাই পাকখি। ছাত্রশিংগী সোসিয়েল সার্ভিসনচিংবা পাংথোক্তুনা মরুওইনা থৎনরিবা মফম অসিদা খোংবান তৌড়ুনা লমথৈ য়াংনবা হোৎনবদা ওঝা গৌরহরি থরাই য়াওনা শরুক য়াখি। মতম অতুদা স্কুল কমিটিনা পীরম্বা তলবকী মথক্তা গ্রেজুয়েং এলারেন্স লুপা ১৫ স্নু থাগী ওইনা হাপখি।

ইং কুমজা ১৯৫৩ গী জুলাই থাদগী স্কুল কমিটিগী সেক্রেটরিগী ফম পুখ্রম্বম ভরত (মতম অতুগী খ্বাইদগী শকথঙনরবা সমাজ সেবক অমনি) না পায়বা হৌখি। মহাক্না ফম অসি হেক পায়খিবদগী ককচিং হায়স্কুলগী থবক থোরম কয়াদা অহোংবা লাকখি। থিয়াম শেথর কৌবা ইম্ফাল উরিপোক্তগী ওঝা অমনা হেড মাষ্টরগী ফম পায়বদা অপেন পেন্দা কয়া ফোংদোরকপদগী মহাকপু শিনদোক্লবগী থোরাং অসি পুম্বথ্রম ভরত ওঝানা পুখৎলকখিবনি। কমিটি মেম্বরশিংনা মত অমত্তা ওইনা ওঝা গৌরহরিদা মীৎয়েং থমখি। মশামক বি,এ, অমা ওইবতা নত্তনা মীয়ামগী থাজবা অমদি ব্যাবহার ফংলবনিনা ফম অতু মহাক্না পুহনবদা চিংনিঙাই ওইদ্রে। মরম অসিদগী ওঝা গৌরহরিবু ককচিং হায়স্কুলগী হেড মাষ্টর ওইনা ১৯৫৩, সেপ্টেম্বর ১ দগী থবক পুহনখি। কমিটিনা

থাগী তলব লুপা ১২০ (চাম্মাকুন) থক পীখি। ওঝানসু স্কুল কমিটিগী শেল থুমম্বী ফিভম খঙবনিনা য়াম্মী য়ামদে থন্দনা স্কুলগী হেড মাষ্টর ওইবগী ভার চিংনদনা লৌখি।

ওঝা গৌরহরিনা হেড মাষ্টরগী ফম দায় খঙনা অমদি হৈনিংবা পুরকপা হৌগংলকপগী থা অহুমগী তুংদা স্কুল বিল্ডিং শাবগী থবক খুমাং চাওশিন্নবা অমদি ফগু থোমগৎনবগীদমক হায়স্কুল বিল্ডিং কমিটি কৌবা অমা শেমখি তাং ৬/১২/৫৩ ইংদনি। মতুংদা য়াওখিবা ককচিং রাইরি খুল্লেন অনিগী মরুওইবা মীওইশিংদি :—

১। মোইরাংথেম কৃতি সিংহ — রাইরী
২। য়েংখোম পাখোই (লুখোই) — তুরেল রাংমা
৩। থোকচোম গোবিন্দ সিংহ — নিংথৌ লৈকাই
৪। নোংমাইথেম গুলাপ সিংহ — তুরেল রাংমা
৫। নোংমাইথেম কমল সিংহ — তুরেল রাংমা
৬। য়েংখোম তোম্বা সিংহ — তুরেল অচৌবা মপাল
৭। নোংমাইথেম কেবল সিংহ — তুরেল রাংমা
৮। নাওরেম ইবোতোন সিংহ — খুনয়াই লৈকাই
৯। নাওরেম কহ্নাই সিংহ — নিংথৌ লৈকাই
১০। খুমন্থেম পারিজাৎ সিংহ — ককচিং বজার
১১। ক্ষেত্রিময়ুম রূপচন্দ্র সিংহ — ময়াই লৈকাই
১২। ক্ষেত্রিময়ুম ইবোতোন সিংহ — ময়াই লৈকাই
১৩। ক্ষেত্রিময়ুম ললিত সিংহ — মোইরাংথেম লৈকাই
১৪। নোংমাইথেম লালা সিংহ — তুরেল রাংমা

স্কুল শঙ শাগংপা হৌনবগী থোরাং ১৯৫৪ গী হৌগংলকপদা পায়খৎখি। যাত্রা হুনবগী থৌরম খল্লরকপদা চয়েংনবা খরা থোকখি। অতুম ওইনমক মীশক অমগী মীংদা হুনবগী মহুত্তা মীয়ামগী ওইগদবা মওংদা চংশিনখি। মতম অসি য়াম্না রানা থাওলিবা স্কুলগীদমক লুরবা তাংকম অমা ওইখি। শেল থুমগী মথক্তা ওঝা রাংপগী পোৎলুম অমত্তু পুরগা চংলিবা মতমনি। সাইন্স সবজেক্ট তম্বীনবা অমত্তা ঙায়রবা ওঝা আর, কে, অমুস্না স্কুল থাদোক্লুনা চংখিবা তারম্মী। অমরোমদা মেত্রিক পরিক্ষা পীবা য়ানবা গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়দা দরখাস্ত থাত্লুনা রিকোগনিসন লৌনবগী অক্নবা থৌরাং চংশিনবগী মতমসু ওইরবনি। ফী থীনবা পৈশাসু খোমজিনবা তারম্মী। তঙাই ফদনা ইউনিভরসিটিগী পাওতাক মতুংইন্না রিজার্ব ফণ্ড লুপা ১৫০০ মুক বেঙ্কতা থমজিনগদবনি। মতম অসিদনি ওঝা গৌরহরিনা হেড মাষ্টর অমা ওইবগী অয়োবী থৌনা ফুদোক্লুনা প্রাইভেৎ স্কুল অসিগীদমক অৱাং অপা কয়া ময়ুমদগী পৈশা লৌকরগা মেনখৎনবা হোৎনরম্বগী রারী অমা থুঙ্গংসিগী মীয়াম্না লীনরম্মী। মতম মতমগী ওইবীরম্বা ওঝাশিংনা ইম্ফালদা থবক ফংলগা চৎনখিবা মতমদা চহি চহিগী হাপকৎলকখিবা ক্লাসকী ওঝা রাংলকপা মহুদা ছাত্রশিংনা মরুওইনা ক্লাস নাইন-টেন তম্লিবা মহৈরোয়শিংনা অরোবা সবজেক্টকী ওঝা লৈতবগী অৱাবা নংখিবা পুম্নমক অসিগী হকথেংননা মায়োক্নরকপা মতম অসিরাইদা ওইবা তাই ওঝা ইবুংঙোনা থম্মোয়গী ওইবা রাশক লৌখিবা — "ঐহাক স্কুলসি থাদোক্লুনা চৎপা চুমলোই।"

কমিটিগী অৱাবা ফিভমসিদা ওঝাগী ষ্টাফনসু থৌওইদনা লৈখোকপা ঙম্মদে। ওঝাশিংনসু কমদৌরগা পৈশা থরদং ওইরবসু খোমজিন্দুনা

স্কুল শঙ লোইশিন্নবা তেংবাংস্নিগে খল্লখি। মতমহুদা খুঙ্গংগী লমশিংদা হরাও কুম্মৈ মরুওইনা সিনেমা য়েংনবগী খুদোংচাবা ইকং ফংলমদে। ইম্ফাল চংলগা কনাগুম্বনা সিনেমা য়েংলুবা ওল্লবদি য়াম্না হরাওনা গাওদম্মী, অঙকপা অমা ওইনা। ইম্ফালগী ওঝাশিং তানরগা সিনেমা চেরিটি শো উৎনবগী থৌরাং অমা লৌখংলম্মী। মতমহুনা মনিপুরগী খুঙ্গংশিংদা চহি অমদা য়াম্না তাওনা অমুক অনিরক টুরিং সিনেমা উৎপা ফ্রেন্দস টকিজ ইম্ফালগী মখাদা চংলম্মী। হায়স্কুল বিল্ডিং শাগৎলিবা মফমহুদা তপথরগা হোলগী মওংদা শেমজিন শাজিন্দুনা সিনেমা শো উৎখি, হায়স্কুল তেংবাং ফগু থোমজিন্নবা উৎখিবনি। মীয়ামগী অচৌবা কুম্মৈ অমা ওইখি মরমদি মতমতুগী সমাজনা পামজবা ধর্ম্মগা মরি লৈনবা ফিলমনি 'শ্রীচৈতৈন্য মহাপ্রভু'। লুপা ৮০০ (চানিপাল) গী অচৌবা শেনফম অমা ফগু ওইনা থোমগৎপা ওমখি মে তাং ১৫ ১৯৫৪ দনি। সিনেমা য়েংবগী মহাও অমা মীয়ামদা পীবা ওমখিবদগী ককচিং লমদমদা সিনেমা চাং নাইনা উৎলগা শেন্দান লম্মী অমা ফংবা ওয়ুগনি হায়বগী থাজবা অমা, টুরিং সিনেমা উৎলিবা কাংবুনা ফাওখি। মখা তারকপা ওইনা লমদমসিদা মোডরন ইণ্ডিয়ান ফিলম 'কালিঘটা' খুমুকচম ইবোবীগী মুমদা সিনেমা হোল শেমদোকুনা উৎখি। হরাও কুম্মৈগী লমদা শো উৎপগী থৌরম মশিং লাকওমদনা লাকপা হৌখ্রে। খুদম ওইনা, সুমাঙদা থাজিল্লগা যাত্রারালী, ড্রামা, পাস খেলানচিংবা টিকেৎ লৌরগা শাম্লখি।

হায়স্কুলগীদমক মীয়ামগী মিৎয়েং চিংশিনবদা অরাবা ওইখ্রে। মহৈ মশিং তম্লিবা মীপুম খুদিংমক অমদি স্কুল তমদবা নহারোল খুদিংমক্তা অঙম্বা মতেং পীনহুনা স্কুল কমিটিগী তেংবাংনবা 'হায়স্কুল বেকিং

ফণ্ড হায়বা অমসু শেমখি। সাইন্সকী ওঝা রাৎপত্থ রাই, মোহেন্দ্রা কৌবা থাংমৈবন্দগী ওঝা অমনা মেনখৎপীখি। স্কুলগী অনৌনা বিল্ডিং চুম্নাংদা শঙ্গাই য়ুম্ফমদগী তাং ১২/৭/৫৪ ইংদা মুমিৎ ৪ চংনা পোৎ চৈ হোন্দোক হোঞ্জিন তৌরগা তাং ১৭ তা মপুং ফানা হোংজিনখি। অত্থুম ওইনমক ওঝাশিংগী লৈফমদি হান্নগী স্কুল হৌরকফম ওইখিবা মফমত্থুদা লৈবা ওঝাশিংগী লৈফম শণ্ডদা অত্থুম লৈখি। মতাং অসিদা পনবা য়াবদি ওঝা ভরতনা শঙ্গাই য়ুম্ফম অসি করিগুম্বা অতোপ্পা মরমগীদমক শিঞ্জিন্নবা পান্নমদে মুপ্পগী মহৈ-মশিং তম্বগী মরমদা নত্তুনা। মতম অত্থু থৌবাল কম্যুনিটি দিভলপমেণ্ট ব্লোক্তা ইহান হান্না সোসিয়েল এড়ুকেসন হৌদোকখি। মত্থুগী থৌরাং অমা ওইনা অচৌবা থুঙ্গংশিংদা কম্যুনিটি সেণ্টর হাংদোকখি, থুপ্পাশিংগা পুন্না ফম্মিন্নত্থুনা চাওখৎ থৌরাংগী রারম থন্নবা অমসুং পাও তাহন্নবা সরকারনা অচৌবা কম্যুনিটি হোল শাখি। হায়রিবা হোল অসি ককচিংদা অনিথক শাখি — খুল্লেলগী ওইনা শঙ্গাইয়ুম্ফমদা অত্থুগা রাইরীগী ওইনা খুপ্পাপাত্তা। তুংকোইনা কান্নবা পীবা ঙম্লক্তবদগী প্রজাশিংনা কয়া থৌশানা থন্নরকত্রে মরম অসিদগী ওঝা ভরতনা লুচিংত্থুনা হায়স্কুল হৌরকফম ওইখিবা মফমসি ইচম চম্বা লম্মাং অমা ওইহন্নিংদবদগী মহৈ মশিংগীদমক মরু ওইবা মফম অমনি হায়বগী খুদম থন্নিংবদগী এম,ই, স্কুল অমা লিংথৎখি। মমৈথংদা মুম্বীমচা হায়স্কুল ওইখি।

ইং ১৯৫৪-৫৫ দা মনিপুরদা অহানবা ওইনা ডাইরেক্তর ওফ য়ুঠ ৱেলফিয়ারগী ফম অমা শেমখি। ফম অসি শ্রীথাংজম মধু সিংহবু ফম অসিদা হাপখি। মহাক অসি ফিজিকেল এডুকেসন ট্রেনিং ফংবা ইহান হানবা মণিপুরী গ্রেজুয়েট অমনি। ওঝা মধুনা ফম অসি

পায়খিবদগী মনিপুরগী কাচিন কোয়া য়ৌনা চৎতুনা স্কুল, ছাত্রশিংদা নত্তুনা নহারোললশিংদা মশা ফনা লৈনবা তম্বীবগী থবক্তা মিংয়েং চংবিখি। ওঝা মধু য়াম্না তোয়না ককচিং হায়স্কুলদা লাকখি। স্কুলগী ফজনা শেম্নবা অচোবা গ্রাউণ্ড অমা লৈরম্বদগী মহাক্না মফম অসিদা মখল কয়াগী ড্রিল অমদি শান্ন-খোংনবগী নমুনা কয়ামুক তাকপী তম্বীরম্মী। হেড মাষ্টর ওঝা গৌরহরি ওঝা মধুগা য়াম্না নক্না তিন্নবা অমা ওইবনা শান্ন-খোংনবগী লমদা ককচিং হায়স্কুল মহৈরোয়শিং খ্বাইনা শকথঙবা শান্নরোয় ওইহন্নবা হোৎনবদা ওঝা মধুগী মতেং য়াম্না ফংখি। ওঝা হেড মাষ্টর অমস্নুং ওঝা মধু অনিগী অফবা মরি অমা থমখিবসি ককচিংগীদমক য়াম্না কান্নবা অমা ওইখি। মরুওইনা অরাংবা থাক্কী মহৈ-মশিং তম্ফম শঙ কলেজ লিংখৎলকপা মতমদা ওঝা মধু য়াম্না শক্তি লৈবা ওফিসার অমা ওইরম্বনা সরকারগী মতেং ফংবা ঙমখি।

ককচিং হায়স্কুল মশাগী শঙদা হোংজিল্লকখিবা মথং চহিদা স্কুলগী মেনেজিং কমিটি নৌহৌনা শেমদোক্লবা মীখল অমা তাং ২৭/১১/৫৫ ইংদা পাংথোকখি। চহিসিদা গুন চেনবা হেড মাষ্টর অমা ওইনবগীদমক ওঝা হেড মাষ্টর গৌহাটিদা বি,টি, ট্রেনিং চৎখি। বি,টি, ট্রেনিং পাস তৌখ্রবা মতুংদগী ওঝা গৌরহরি স্কুলগী শাসন অমস্নুং মেনেজমেন্টদা পুক্নিং চংখি। মতম কুইনদগী পন্দুনা লৈখিবা গৌহাটি ইউনিভরসিটিনা রিকোগনাইজ তৌনবগী রাফমচু হিবম কয়াদা পাংথোকপা ঙমখিবদগী ইউনিভরসিটিনা শকথঙলবা হায়স্কুল অমা ওইখি। মরম অসিনা ইং ১৯৫৬ তগী হায়স্কুল মশাগী ওইবা কেণ্ড্রিদেৎ মেট্রিক পরিক্ষা থানবগীদমক থাগংপা য়াখি। মসিগী মমাং তশেংনা হায়স্কুল অসিদগী হৌরকখিবা ছাত্রগী অহানবা কাংলুপনা অতোপ্পা স্কুলগী মিংদা থাবা য়াহনখি।

মথোয় অসি হায়স্কুল অসিদা তমখিবা ছাত্রশিংগী মনুংদা মেট্রিক থাখিবা ইহান হানবা কাংলুপনি। ইম্ফাল জোহনষ্টোন হায়স্কুলদা ১৯৫২ দা প্রাইভেৎ কেণ্ডিদেৎ ওইনা থাখিবনি। পরিক্ষাদা ভমখিবা খ্বাইনা শকথঙলবা ছাত্র থরদি :— নাওরেম কুঞ্জবাপু, নোংমাইথেম ইবোচৌ, পুখ্রম্বম গৌরোনচিংবনি। অতুগা এফিলিয়েসন ফংবা কুমদা হায়বদি ১৯৫৬ তা ভমখিবা ছাত্রনা — নাওরেম বারুনি সিংহ, নাওরেম নবচন্দ্রা অমসুং য়েম্ব্রেম্বম নোবিন সিংহনি।

মতম অতুরাইদা ইম্ফালগী মথা অমসুং থা-নোংচুপকী খুঙ্গংশিংগী মরুওইবা হায়স্কুলগী থাক ফাও মহৈ-মশিং তম্বগী খুদোংচাবা পীরবা স্কুলশিংদি :— ময়াংইম্ফাল হায়স্কুল, থৌবাল হায়স্কুল, রাবগাই হায়স্কুল অমসুং ককচিং হায়স্কুলনি। হায়স্কুল মরিসি ইউনিভরসিটিগী প্রোভিজনেল রিকোগ্নিসন ফংলবা ভাক্তনি। থৌবাল '৫২, ময়াংইম্ফাল '৫৩, রাবগাই '৫৪ অমসুং ককচিং হায়স্কুল '৫৫ দনি। পরিক্ষাগীদমকনা '৫৩, '৫৪, '৫৫ অমসুং '৫৬ তনি।

ইং কুমজা ১৯৫৬-৫৭ তগীদি হায়স্কুলগী ওঝাশিংনা ফংগদবা তলবকী মওং থর হোংদোকখি। হান্ননা থাদা লুপা ২০০ চাংদা গ্রান্ট ফংলম্বতু লুপা ৪০০ থাদা ফংলকখিবদগী সরকারগী স্কুলদা পীবা তলবকী চাংগা হায়ফেং মান্নবা শেমদোক্তুনা চৎনহনখি। ভহাক ভহাকী ওঝা ওইরম্লগা থবক থাদোক্তুনা চৎনখিবগী অরাবতু থর শাফনবা তলবকী চাং তঙাই ফদনা শেমদোকখিবনি। মতমতুদা খুঙ্গংগী লমশিংদা গ্রেজুয়েৎ পাস তৌবা মীওই কয়া থোরকপা হোরে। ইম্ফালদগী লাকপীবা ওঝাশিংসু অয়াম্বনা তংতু লৈতানা লৈতুনা থরাই য়াওনা স্কুল পুবীখি। মথোয় মথোয়না তম্বীখিবা বিষয়শিংদা য়াম্না হৈনিংনা

তম্বীতুনা ছাত্রশিংদা মথোয়গী গুন চপচানা মমি তাহনবা ঙম্বা ওঝা ঙাক্না চংলকখিবা চহিনি। মতম অতুদা চংনরম্বা স্কুল ওঝাগী তলবকী মওং: হেড মাষ্টর লুপা ১৫০ — ২০০
গ্রেজুয়েৎ ওঝা লুপা ৭৫ — ১০০+২৫ স্পিসিয়েল পে।
অন্দর গ্রেজুয়েৎ লুপা ৪৫ — ৭৫
মেট্রিক লুপা ৩০ — ৫৫

মতম অদুদা থৌবাল সব ডিভিজনগী ওইনা সরকারগী হায়স্কুল অমথক্তং লৈরম্মী। থৌবাল চাউয়াইমা হায়স্কুলনি, হায়না থৌবাল (এদেদ) হায়স্কুল হায়না খঙনরম্বনি। সরকারগী মতেং ফংবা, স্কুলশিংগী মসুংদা খ্বাইনা খঙনবা স্কুল অমা ওইনা চাওখৎপা হৌগংলকপগী য়াম্না লুরবা তাংফম অমদা ককচিং হায়স্কুল লৈরম্মী। ওঝাশিং খুনগী অহল লমনশিং অমদি অরাংবা থাকী মহৈ-মশিং তমলুপ্রগম্ম মহৈ-মশিং তম্ফম শঙ লিংখৎপদা থরাই য়াওবীবা অরিবা মহৈরোয়শিংগী অপুনবা খোংজঙনা হায়স্কুলগী কা মরি অমুক শাংদোকখিতুনা কাম্নীদমক অরাংপা লৈত্রে। স্কুল কাবা ছাত্র ছাত্রিস্থ মশিং য়াম্না হেনগৎখ্রে। ওঝাগী অরাংপদি অতুম লৈথি। ওঝা গৌরহরিনা য়াম্না চাওনা থৌদাং লৌবিখি। মরুওইনা ইম্ফালদগী লাকখিবা ওঝাশিংগী লৈফম চাফম মুংঙাইনবা শিনখিবগী মতাংদনি। গুন লৈরবা ওঝা কয়া পুথরকখি অঙ্ক, সাইন্স, ইংরাজী, ইতিহাস অমসুং পি, এ, কর্ম্মস তম্বীনবা। মিং থরা পনবা য়াবদি — করাম মনিহার, ঙাঙোম মোহেন্দ্র, লিশম রবিন্দ্র, আর, কে, রাজমোহন, য়ুম্নাম মোহেন্দ্র, থাংজম বিজয় অহোংশাংবম শরতনি। ককচিং হায়স্কুলগা মায়োক্নবা অরাংথংবা লম্পাক খগ ডাক্তরগী নোংপোকথংবা মফমদা কম্যুনিটি ডিভলপমেন্ট প্রোজেক্টকী

ওফিসারশিং অমস্তুং ভি, এল, ডবলিউশিংগী লৈফম শঙ মরাং কায়না লৈরম্মী। মতুদা লৈরম্বা সরকারগী ওফিসারশিং ওঝা হেড মাষ্টরগা খঙনবা য়াওবদগী হায়স্কুলগী ওঝা খরদি প্রোজেক্টকী শঙশিংদা লৈনবা শিনখি। হেড মাষ্টরগা মতম কুইনা লৈমিন্নরকখিবা ওঝাশিংদি, হান্নগী হায়স্কুল হৌরকফম শাখিবা শঙদা লৈমিন্নখি। ওঝা মোহেন্দ্রদি হাওবমগী ইমুং অমগা খঙনবদগী বজার ময়াদা লৈখি অদুগা করাম ওঝা মনিহারনা খাঙ্গা ওঝাগী ইস্কোল তুরেল রাংমদা লৈরম্মী।

মতমতুগী ককচিং য়াম্না চাওবা খুঙ্গং অমনি, মনিপুর সরকারনা শেমগৎ শাগৎপগী থৌরাং কয়া পায়খৎলকপদা মরুওইনা লৌউ-শিংউগী লমদা পুক্লিং চংখিবা মফমনি। লল্লোন-ইতিক্কী লমদদি খরা শোংথনা লৈরি। অতুম ওইনমক, খুঙ্গা তরানিথোইগী অপুনবা কৈথেল অমা লৈবদগী অমদি লৌউ-শিংউগী পোৎথোক মরাং কায়না ফংবদগী ইম্ফালগী কারবারদা থরায় য়াওবা মীওইশিং তাবা হৌরকখি। কৈথেলগী ফিভমস্তু নিংশিংলুরগদি য়াম্না নুংশিবা চপচাবা খুঙ্গংগী দৃশ্যনি। কৈথেলগী অকোয়বা অমস্তুং মনুংদা চাউর-চাউরবা থোংনাং, কবুলিয়া অমস্তুং পাংথোক্লচিংবা হৌবদগী অসুকপা উমং অমগী পাংখক্লি। নোং মংবা মুমিংতদি কৈথেলসি তুবৎ শমতুনা চংপা কিনরম্মী। নোংজুথাদদি অমুক হেন্না অরাবগী ফিভমনি, লৈথোমগী লৈথোম ভাক্কা লুরক্কা য়াম্না তোয়না চংনবদগী মহি লাঙথোক্লবা লৈথোম মনুংদা হৈক্রেক মকু, হৈরিং মকু, কা মকু, অমস্তুং পানা-কোদাংনা লৈতেংবনি। নোং কন্না চুবা মুমিত্তদি কৈথেল কায়বা থোকই, তন্না কৈথেল মাণ্ডবতা চেনশিন্দুনা লুকমায় ফম্মী নোং থুপ্পা ওইনা। অসিগুম্বা মুমিৎতদি পোৎমাঙ-চৈমাঙ থোকল্লি। অসিদা নত্তে মমাগী তুংইল্লকপা অঙাং লম্মাংনবদগী কোইথী




খিনবা য়াওই। চপচাবা খুঙ্গংগী শক্তমদা মুপী ভাক্তুনা কাব কৈথেল ওইরবসু পোং-টৈ য়োনকমশিংদি তাংদাংবা মফম খায়দোক্লতুনা শেম্মী। নোংপোক ইথং থংবা শরুক অয়াম্বনা চীংমীশিংগী ওই, তাইনবদা ক্ষৌ-চেং তাইবীশিংগী, উচান য়োনবী, ময়াই ওইরপ কবোক য়োনবী ক্বা য়োনবীনচিংবা পরেং ফম্মী। মসিগী খা থংবা মতাই ওইরপ্পা ক্বী য়োনক্বম (লল্লোনফম ফম্বীসু কৌনৈ) খুজি য়োনফম লৈ। নোংচুপ থংবা শরুক চফু অমদি ভায়োনক্বম ওই। য়াম্না কা হেন্না চিন্দে। চহিগী ওইবা খুঙ্গংগী অচৌবা কুম্মৈ "লাই হরাওবা" ইবুধৌ থম্লাংবা হরাওবা হায়নসু থঙনবা ককচিং খুল্লেন অমসুং রাইরী অনিগী হরাওবগী লাই লমথোকক্বম ওইনসু শিজিন্নরম্মী। শক্রাইবী লুকমায় পানবী খরদি চুরুট বীড়ী, ক্বা অথুম অহাও, য়াইমগী পোংফম অঙাং ওইবশিংনা অবোক য়াইমা হায়নসু খঙনৈ। কোইজম হম্নবী ভারী, ক্বাবৌ, হিদাক অশুবা, শিংজু বোরা মৈতৈগী লতমালা, অমসুং ভা য়োনফম নক্লা ফম্বী, কবোক য়োনবী লৈশাবী মথোয়সিনি। মুংখিলদনা মপুং ওইনা মী তিনবা কৈথেলনি। অকোয়বদা ক্ষিগী দুকান, মনিহারি দুকান, থুম থাও য়োনকমশিং, সাইকল কারখানানচীংবা খরদি অয়ুক্কগী হাংবসু য়াওই। হোটেলদি মুগমু লম্বী অরাংথ বদা বামোনগী অনি অহুম লৈ। ঐঙ্গা নিলমনিগীনা খর মপুং ওই। হোটেলসিদা ইম্ফালগী ওঝাশিং, ডাক্তর অমসুং অতৈ সরকারগী থবক তৌবশিং উনহুনা ফম্মিল্লৈ, রারী শানৈ চা থকমিল্লৈ।

কৈথেলগী চাওরাকপা শক্তম অমা, শিংথাক্লবগী মরমদি ওঝা হেড মাষ্টরগী শাংলবা পুন্সিগী শরুক মুম-কৈ পাল্লিবঙৈ মতমদগী হোরহুনা মিংচং লৈনা হেড মাষ্টর ওইনা ককচিং থাদোকত্রিবঙৈ মতম ফাওবদা

কৈথেলসিদা নোংমতা উনদবা য়াওখিদে। কৈথেল কাবা য়েঙ্গাং মনা-মশিং, চেং লৈবগীগাক নত্তে মতমত্তুদা মীয়াম তিনকম হায়বসি কৈথেলথক্তা ওইরম্মী। ককচিংগী মচিন তোঙবা অমসুং ফম্নাইবশিং অয়াম্বনা মথোয় মথোয়গী ইমুংগী থবক ইথাং নোংমগী শোয়ফদবা লোয়শিল্লবা মতম মুমিদাংরাইরমদা চংথোক চংশিন ইঙম ঙমখিদবমক নংত্রগদি কৈথেল লাইরেম্বী খুরুম্বা ওইনা নত্রগা লৈপুং ফম্বা ওইনা কৈথেল থোকপা চংনৈ। খুঙ্গংগী মরুওইবা মীওইশিং উনহুনা শকথঙ মায়থঙনবগী খুদোংচাবা ফংই। ওঝা গৌরহরিনা য়াম্না থোয়দানা লৈবা অচা অথক পোংলম কয়াগী মনুংদা য়েরুম, ঙান্নু মরুম শোইদনা য়াওই। মতমত্তুদা ককচিং কৈথেলদা য়েরুম অমসুং ঙান্নু মরুম য়াম্না মরাং কায়না ফংই। লুপা ১ গী য়েরুম ১৬ অমসুং ঙান্নু মরুম ৮ তৌই। হকচাংগী মচি ওইগদবা চিঙ্গাক ওইবনা, খুঙ্গংগী মীওইশিংনা ফোঙনা লৈরগা চাবগী হৈনবী লৈরমত্রগসু ওঝাদি মপান লমদা মহৈ মশিং তম্বগী মতম শাংনা লৈরুবনা অসুম্না পোং-চৈ লৈবসি হঙ্গোইবা ফাওদে। থোংগ্রাউ, শামতুগী অমসুং নিংথম থাদা ওভরকোট নত্রগা কোট লিংলগা বাজার কাব মীওই হায়রগদি ওঝা ইবুংঙোনি। অতুগুম্বা ফিজোলতুগী অচৌবা পোকেটশিংদা য়েরুম ঙান্নু মরুম তরা কুন হাপচিনখিবা হায়বসি ইরাই-লাইনা মীগী মিংয়েং চংহন্দনা পাংথোকপা ঙমই। মতম শাংনা থক লৌদে। ওইজ ওইথক থীবা মওংদসু নত্তে, নত্রগা ক্বা-হৈ য়োনফমদা নোক-থেহুনা লৈবা মতম য়াওখিদে। কৈথেল লুকমায় পানবীশিংনসু ওঝাবু য়াম্না ইকাই খুম্নৈ। খুঙ্গাশিংনা ওঝাদা থম্বা থাজবা অমসুং ইকাই খুম্নবা মহাক্বা কৈদৌঙৈদসু নমথাক তৌখিদে।

স্কুল কম্পাউণ্ড য়াম্না চাওনা প্রজা মীয়াম্না মফম চানা কনশিন্দুনা থাকলম্বসি হায়স্কুলগী অরাং-অপা মেনথংনবম্নু উপাই ওইথি। শান্ন-থোংনবগী গ্রাউণ্ড মরাং কায়না চাউনা শেমগৎপগী থবক চাওরাকপা অমা শেমগংপ্রবা তুংদা স্কুলগী নোংচুপ থংবা শরুকী লৌ পরি ৪ মুক চহিগী শান্দোক্লুনা মেনেজিং কমিটিনা ইনকম লাক্লবগী থৌরাং পায়থংখি। অম্নুম্না চহিগী লেংত্রবা ইনকম অমা লাকদবা লৈখিবদগী স্কুলগী চাওখং থৌরাং লৌথংপা অমদি ওঝাশিংগী তলব পীনবগী অরাং অপা মেনথংপদা কা হেন্না অরাবা ওইখিত্রে।

মতাং অসিদা খ্বাইদগী খুদোংচাবগী তাঞ্জা অমা লাকখি। মনিপুরদা মহৈ মশিংগী থৌরাং য়েংশিন্নবগীদমক মপুং ফাবা ডাইরেক্টোরেৎ অমা শোক '৫৮ দা হাংখি। ইং কুমজা ১৯৫৮ গী এপ্রিল থাগী তাং ১২ দা শ্রীবল্লভগুনাহরু ডাইরেক্টর ওফ ইডুকেসন ওইনা হাপখি। মহাক্কা সেক্রেটরি অমম্নুং ডাইরেক্টরগী ফম অনিমক শুপ্না পায়রম্মী। ডাইরেক্টোরেৎ হেক ওল্লকপদগী ইং কুমজা ১৯৫৮-৫৯ দা এডুকেসন ডিপার্টমেন্টনা পাংথোকখিবা থবকশিংগী মম্নুংদা খ্বাইদগী মক ওইখিবসি এদেদ হায অমম্নুং এম, ই, স্কুলগীশিংগী ওঝাগী তলব সরকারগী ওঝাশিংগা মান্নহনখিবা অমম্নুং স্কুলশিংগী অচঙবা থর্চকী ৯০% হোত্তোক্লগা গ্রান্টপীবা হৌদোকখিবা পনবা য়াই। তলবগী চাংদি:—

১। হেড মাষ্টর লুপা ২০০-৫০০

২। ট্রেনিং ফংলবা গ্রেজুয়েৎ ওঝা লুপা ১২৫-২৭৫

৩। ট্রেনিং ফংদবা গ্রেজুয়েৎ ওঝা লুপা ১০০-২৫০

৪। অন্দর গ্রেজুয়েৎ লুপা ৭৫-১২৫

৫। এসিষ্টেন্ট হেড মাষ্টর লু: ১২৫-২৭৫-৩৫০+স্পেসিয়েল পে লু: ৫০

ককচিং হায়স্কুলসু গ্রান্ট ইন-এড ফংলবা স্কুল অমা ওইখি এপ্রিল থা ১৯৫৮ দগী। অচৌবা স্কুলগী কেম্পস, ফজনা শেম্লবা প্লে-গ্রাউণ্ড অমদি লৌউ-শিংউ তৌদুনা তোপ-তোপ্পা মশাগী শক্তম অমা লৈখিবদগী মতমদুগী ইডুকেসন ডাইরেক্টর বহুগুনাগী মিংয়েং চিংশিনবা ঙমখি। ওঝা হেড মাষ্টরবু শকথঙবীখি। চাং নাইনা গ্রান্ট ফংবা হৌখিবদগী স্কুলগী শাসন ফাগৎহন্নবা পুক্নিং চংবগা লোইননা স্কুল কম্পাউণ্ড শেমগৎপা শম্বল থাজিনবা অমসুং উ পাম্বী থাদুনা কম্পাউণ্ড ফজনা শেমগৎখি। য়াম্না কান্নবা অমদি সরকারনা অচংবা থর্চকী ৯০% পুবীখ্রবনিনা ওঝাগী অরাংপা লৈতনা শিনবা ঙমহনখি অমসুং কমিটিনা মতম কুইনা নিংজরকখিবা "করম্বা মতমদা লোকেল ওঝাশিং" রাহংগী পাউখুম পীবা ঙমখি। মতমদুদা থরা ঙন্না ইম্ফালদা হায়স্কুল অমসুং কলেজ তমখিবা ককচিংগী মহৈরোয়শিং মেত্রিক, আই এ, অমসুং বি, এ, পাস তৌবা মশিং থরা থোরকপা হৌখি। মখোয় অয়াম্বা ককচিং হায়স্কুলদা ওঝাগী পোষ্টতা মখোয় মখোয়গী ওইরিবা মহৈগী থাক মতুং ইন্না থবক হাপখি। মসিমক খুঙ্গংসিগী ওইনা য়াম্না কান্নবা অমনি।

ভারতকী মফম অয়াম্বদা বেসিক শিক্ষা অসি য়াম্না শন্দোকখি। মনিপুরদসু মওং অসি শন্দোকনিংবদগী ইং ১৯৫৫-৫৬ তা বেসিক ট্রেনিং অমসুং হিন্দি ট্রেনিং ইনষ্টিট্যুট অনি লিংখৎখি। বেসিক ট্রেনিং ইনষ্টিট্যুট অসি প্রাইমারি ওঝাশিংগীদমক্নি। ইঙ্খোল কোইবা, ফি-শাবা, উ-শুবা পাত্র শাবা অমসুং ফুরিং তুবা হায়বা ক্রাফ সবজেক্ট মঙা লৈখি, লং নাইবা হায়বসিনা কম্পলসরি ওইরম্মী। ক্রাফ সবজেক্ট মঙাগী মমুংদা অনিদি লৌদবা য়ারমদে। শিক্ষাগী ইতিহাস, মন বিজ্ঞান স্কুল ওর্গানাইজেসন অসিনা থিওরি সবজেক্ট ওইখি। চহি অমগী কোর্সনি।

ইং ১৯৫৯-৬০ দা কাক্চিপুর বেসিক ট্রেনিং ইনষ্টিট্যুট অমপা লিংখৎতুনা মখল অসিগী ট্রেনিং ইনষ্টিট্যুট অনি শুখি।

স্কুল অমা চুং-ফিরাল চানা চাওখৎনবা হোৎনবদা ছাত্র ছাত্রি, অফবা শঙ, ওঝা শেমগৎলবা মশাগী ওইবা কম্পাউণ্ডনচিংবা দরকার ওই। ককচিং হায়স্কুলদা সরকারনা অচৌবা মিৎয়েং অমা থমখিবসি মরুওইনা মশাগী ওইবা কম্পাউণ্ড মরাং কায়না লৈরম্বা অসি অমনি। থৌবাল সব ডিভিজন্দা বেসিক ট্রেনিং ইনষ্টিট্যুট অমা থম্নবা থম্নবদা, ককচিং হায়স্কুলগী কম্পাউণ্ড নত্তবা অতৈ মফম চাবা লৈরমদে। মরম অসিনা সরকারনা ইরকপা চিঠি নং ৪৩/২৪-৩/৫৯ ইদি/এম, (ইদি) তাং ১২-১২-৫৯ গী মতুং ইন্না ককচিং হায়স্কুল কম্পাউণ্ডদগী লম একর অনি পীনবগীদমক স্কুল মেনেজিং কমিটিনা তাং ২২/১২/৫৯ দা মিটিং ফমখি অমস্তুং হায়রিবা দরকার লৈবা লম অছু বেসিক ট্রেনিং ইনষ্টিট্যুট লিংবা য়ানবগীদমক পীখি।

হায়স্কুল অনৌবা বিল্ডিং হোংলকখিবা মতুংদগী ইং ১৯৫৮ ফাওবদা মেনেজিং কমিটি ওইরম্বা মীওইশিং:—

১। হেড মাষ্টর
২। এন, কহ্নাই
৩। এন, ইবোতোন
৪। কে, এস, ঐইচ, রুপচন্দ্র
৫। কে, এস, ঐইচ, মঙ্গোল
৬। এম, ইবোচৌ
৭। টি, ঐইচ, বিজয়

ইং ১৯৬০ মে থাগী তাং ৫ দা মথাগী মীওইশিং অসিনা শাবা মেনেজিং কমিটি অমা নৌনা মীথল তৌদুনা শেমখি।

১। হেড মাষ্টর

২। এম, শম্ফা সিংহ

৩। এন, কহ্লাই সিংহ

৪। রাই, তেজেন্দ্র সিংহ

৫। এন, মুনাল সিংহ

৬। ক্ষেত্রি, চাওবা সিংহ

৭। এন, বিধু সিংহ

ইং ১৯৬৩ জানুয়ারিদগী এম, ইবোতোম্বী সিংহ টি, সি, মেম্বরনা মেনেজিং কমিটিগী প্রেসিডেন্ট ওইখি।

মপুং ফানা গ্রান্ট ফংলবা স্কুল অমা ওইখিবদগী ককচিং হায়স্কুলগী চাওখৎ খোঙথাং তশেংনা য়াঙশিনখি। মহৈ মশিংগী হিরমশিংদা নত্তনা শান্ন-খোংনবগী হিরমশিংদস্তু শক্লাইবা শান্নরোয়শিং ফুটবোল অমদি ইরোইবগী অথোই অহেন তান্নবদা মাইপাক্লা শরুক য়াবা ঙমখি। মথল কয়াগী শান্নবদা হৈশিংবা শান্নরোই পুথোকপা ঙম্নবা ওঝা হেড মাষ্টর ইম্ফালদগী অথঙ - অহৈ ওঝাশিং পুথদুনা ককচিং হায়স্কুলগী ছাত্র-ছাত্রিশিংবু মশান্না কয়া তম্বীনবা হোৎনবদা নিংহন্নবা লৈখিদে। মতমগা চুনবা মওংদা ফিজিকেল এডুকেসন পীনবা ওঝাশিং মপান্দা থাদুনা ট্রেনিং ফংহনখি। ফুটবলগী মশান্না য়াম্না পামজরম্মী। ইন্টর স্কুলগী ফুটবল শানবগী থৌদোক অমদা মহাক্লা শান্নরোইশিংদা পীখিবা থৌনা অঙকপনি। ওঝানা য়াম্না থোয়দাজখিবা অমস্তুং লুনা তৎতনা শোঞ্জখিবা শান্নরোইদি য়াংথাঙনি। ইরোইবদা তোম্বীস্না দেবী, মধু,

বাবুধন কুঞ্জো হায়স্কুলগী শরুক য়াখিবা শাম্নরোইশিংনি। ইং ১৯৬১ দগী ১৯৬৩ ফাওবা থৌবাল জোনগী ওইনা ককচিং হায়স্কুলগী ফুটবল টিম্না চেম্পিয়ন ওইখি।

বেসিক ট্রেনিং ইনষ্টিটিয়ুটকী কেম্পস অমা লৈখিবদগী হায়স্কুল কম্পাউণ্ডগী অচিকপা শক্তম থরা হোংবা হৌরকখি। মরমদি ট্রেনিশিং অমদি ওঝাসিংগী লৈফম শাখিবদগীনি। ইনষ্টিটিয়ুট অসি শাগৎখিবা মতমদা ককচিং প্রজাশিংগী মতেং য়াম্না ফংখি হায়না মতমদুগী ওঝাশিংনা শিংথাবীরম্মী। ককচিং হায়স্কুল হান্নবা শঙ্গাইয়ুম্ফমদগী হোংলকখ্রবস্মু ওঝা হেড মাষ্টরগী লৈফমদি মতম কুইনা মফমদুদা অদুম লৈরমই। ইং ১৯৬০ অদুরাইদগীদি হায়স্কুলগী কেম্পস অসিদা হোংলকখিবনি।

ওঝা হেড মাষ্টরনা কাটরসতা লৈখিবসি য়াম্না চম্না অকরুবা চঙদবা য়াদবা পোৎচং থরা থম্নগা মদুদা পেম্নোক্লুনা থুঙ্গংগী পুন্সিদা লেনখিবনি। অকে অমৌগী নত্রগা মীনা মিৎয়েং চংগদবা পুন্সি শাজংশিংদগী তাম্না লৈখি। সহরদগীনি হায়দুনা নোংমা ফাদোক ইমুং মনুং ময়াম পুরক্লুনা হরাও তয়াম্না কেথোক মৌথোক্না লৈবগী হৈনবী লৈখিদে। ইম্ফালদা অচৌ অশাং ইমুংদগী হৌরকপা ওইরগস্মু য়াম্না চিক্না লেম্না হায়স্কুলগীদমক য়াম্না অথাঙ কন্না থাঙদোক্লগে মতাগুম লেনখিবনি। মদুগী গুণ অদুনা মরম ওইদুনা মতম মতমগী বি, টি, আই, দা লাক্লম্বা সুপরিণ্টেন্দেন্ট খুদিংনা ওঝা হেড মাষ্টরবু অমুক্কী মতিক ইকাই খুম্নে। তশেংনমক ওঝা গৌরহরি (হেড মাষ্টর অমা ওইনা) মনিপুরগী শক্লাইরবা হেড মাষ্টরশিংগী মনুংদা শিংথানিঙাই ওইখি। মহাক্কী মিংচৎ হেনগৎখি লোইননা ককচিং হায়স্কুলগী মিংচৎস্মু।

সরকারনা লৌশিল্লিৱৈ মমাংগী চহিশিং হায়বদি এদেদ ওইনা লৈরকপগী লোইরমদাই চহিশিংগী ওইবা মেনেজিং কমিটি শেম্নবা ইলেক্সন তাং ১৩/৯/৭৪ ইংদা পাংথোকখি। নৌনা খল্লবা মেম্বরশিংদি :- ১) ক্ষেত্রিময়ুম মঙ্গল ২) য়েল্লেশ্বম থোমেন্দ্রসিং ৩) নাওরেম কহ্নাই সিংহ ৪) নাওরেম বীরেন্দ্রকুমার সিংহ ৫) ককচিং এস, ডি, সি, ৬) রাই নিমাই সিংহ অমসুং ৭) এন, ইবোচৌনি। হেড মাষ্টর থারগা মেম্বর ৮ নি তাং ১৩/১২/৭৪ দা চার্জ শিন্নখি।

সরকারনা তেংবাংবা মপুং ফানা চাওখৎলবা স্কুল মশিং য়ামখৎলকখিবা মতমনি ইং ১৯৭০ গী চহিশিং। মরু ওইনা মনিপুরদা মপুং ফাবা রাজ্য অমা ওইরকখিবা মতম ওইবনা সরকারগী দিপার্টমেন্ট খুদিংমক মনিপুবগী চাওখৎ থোরাংশিং য়াম্না হৈনিংনা পায়খৎলকখিবা চহিশিংনি। মীওইবগী গুণ হেনগৎনবা মহৈ-মশিংগী লমদমু অঙকপা ফংনা মিৎয়েং চংখি। থোইদোক হেন্দোক্না চীং অমসুং খুঙ্গংগী লমদমশিংদা মহৈ মশিং তম্বীবগী থৌওং মপুং ফানা পুখৎলকখি। লোইননা ওঝাগী শিনফমু জাতি শেমগৎপগী অচৌবা থৌদাং লৌরিবনি হায়ববু অর্থ লৈহনবা ওইনা সরকারনা গ্রান্ট পীবা হায়স্কুল খুদিংমক লৌশিন্নবগী থৌরাং অমা লৌখৎখি। থৌরাংসিগী মখাদা সরকারনা সার্কুলর অমা তাং ১৭/১১/৭৮ দা থোক্তুনা হায়স্কুলশিংগী মেনেজিং কমিটিশিং আগষ্ট ৩/৭৮ দগী হৌত্থনা মুথৎখি। সার্কুলর অসিগী মতুং ইন্না ককচিং হায়স্কুল মেনেজিং কমিটিসু মুথৎখি অহুম ওইনমক কমিটিনা লৌখৎলম্বা হায়স্কুলগী হোল শাবগী থবক অহুদি নবেম্বর থা লোইবা ফাওবা চৎথনবা থঙহনখি।

ওঝা গৌরহরিনা হেড মাষ্টর ওইনা পুবীরিঙৈ মতমদা পুথোকপীরম্বা ককচিং হায়স্কুলগী অকবা মহৈরোয়শিং মরুওইনা মেট্রিক পরিক্ষাদা ফাষ্ট' দিভিজন্দা পাস তৌখিবশিং :—

| সেঃ নং | মিং | চহি |
|---|---|---|
| ১। | পুখ্রম্বম নিমাই সিংহ | ১৯৫৭ |
| ২। | ক্ষেত্রিমযুম মনাও দেবী | ১৯৫৮ |
| ৩। | সলাম পদ্মা সিংহ | ১৯৬১ |
| ৪। | সলাম খোগেন সিংহ | ১৯৬৩ |
| ৫। | ক্ষেত্রিমযুম কুঞ্জবী সিংহ | ১৯৬৪ |
| ৬। | খোকচোম শম্ফা সিংহ | ১৯৬৪ |
| ৭। | নাওরেম রুপো সিংহ | ১৯৬৬ |
| ৮। | খোঙ্গ্রাম শমু সিংহ | ১৯৬৬ |
| ৯। | নাওরেম অচৌ সিংহ | ১৯৬৭ |
| ১০। | নাওরেম নবকিশ্বর সিংহ | ১৯৬৮ |
| ১১। | য়েংখোম মনিচন্দ্রা সিংহ | ১৯৬৮ |
| ১২। | ক্ষেত্রিমযুম সোমা সিংহ | ১৯৬৯ |
| ১৩। | নাওরেম মুনিন্দ্রো সিংহ | ১৯৭০ |
| ১৪। | এম, বিরেন সিংহ | ১৯৭২ |
| ১৫। | নোংমাইথেম রাজমোহন সিংহ | ১৯৭৩ |
| ১৬। | পুখ্রম্বম গুনো সিংহ | ১৯৭৩ |
| ১৭। | শোগাইজম দোরেন্দ্রজিৎ সিংহ | ১৯৭৪ |
| ১৮। | নাওরেম ইবোমচা সিংহ | ১৯৭৪ |
| ১৯। | ময়াংলম্বম সুবোল সিংহ | ১৯৭৫ |

২০। নোংমাইথেম রাজেন্দ্র সিংহ ১৯৭৬

২১। মোইরাংথেম কেশো সিংহ ১৯৭৯

২২। ক্ষেত্রিময়ুম রামেশ্বর সিংহ ১৯৮০

গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়গী মথাদা মেট্রিক পরিক্ষা থারিবৈ অঙনবা চহিশিংদা মনিপুরগী হায়স্কুল অয়াম্বদা ফাষ্ট অমসুং সেকেণ্ড দিভিজন্দা পাস তৌবা ছাত্র-ছাত্রি মশিং ইয়াম য়াম্লমদে। মরু ওইনা থুঙ্গংগী লমদমদা লৈবা স্কুলশিংদদি চুম্নগী থার্ড দিভিজন্দা পাস তৌবা ছাত্র ছাত্রি মশিং য়াম্না হন্থরম্মী। অসিগুম্বা মতমসিদা চাং নাইনা ফাষ্ট অমসুং সেকেণ্ড দিভিজন্দা পাস তৌবা ছাত্র-ছাত্রি পুথোকখিবা হায় স্কুলশিংগী মনুংদা ককচিং হায়স্কুলশু মশক নাইবা স্কুল অমনি। অসুম্না ওইথোকপা ঙমখিবসি ওঝা হেড মাষ্টরনা থল্লায় য়াওনা স্কুলগী ফনবা হিরম খুদিংদা পুখৎপীরম্বগী গুন্ননি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। মথক্কী শক্লাইরবা মহৈরোয়শিং অসিগী মরক্তা থাইদগী হেন্না মুংশিনা শোঞ্জরম্বা মহৈরোই অনি:— ১) সলাম পদ্মা সিংহ অমসুং ২) নাওরেম রুপো সিংহ মথোয় অনি মনুং মতম চাদনা পুন্সি লোমখি।

ওঝা হেড মাষ্টরনা চহি ২৮ গী শাংলবা মতম অমা ককচিং হায়স্কুল শেমগৎপীরম্লগা ইং ১৯৮০ গী আগষ্ট থাদা ইম্ফালগী আর, ডি, এস, হায়স্কুলদা ট্রান্সফর তৌখি। কায়নবগী অচৌবা সভা অমা ফমখি ককচিং হায়স্কুলদা। ওঝাগা মতম কুইনা লোইনরকখিবা থুলগী অহল লমনশিং অমসুং ওঝাশিং পীরাং ইরোয়নখি, অরাবগী শক্লোন লৌখি। ওঝাশিং কায়নবা খুদিংগী য়াম্না পাম্নবা শক শোম্নখিবা ইংরাজি শৈরেং

অমগী পরেংশিং :— **Man may come/Man may go/ But I go on forever** থংঙ্খায় শোক্না অংনেম্বা অমদি তনিকপা খোজেন্দা ককচিং হায়স্কুলগীদমক শৈথারম্নগা মীয়ামদগী বিদায় লৌখি।

হেড মাষ্টর অমা ওইনা হায়স্কুলগী শাসন অমস্মুং ওফিসকী থবক পাংথোকপগা লোইননা ক্লাস নাইন-টেনগী ইংলিস পোইত্রিস্মু তম্বীরম্মী। ওঝানা খোয়দানা অমস্মুং য়াম্না পামজনা ব্যাখ্যাগা লোয়ননা তম্বীখিবা শৈরেং খরা কায়নবগী মুমিত্তা অমুক নৌহৌনা হৌখ্রবা মহৈরোয়শিংনা মুংশিনা নিংশিংনখি।

**Lord Tennyson : The charge of the Light Brigade**

**Their's not to make reply,**
**Their's not to reason why,**
**Their's but to do and die**
**Into the valley of death**
**Rode the six hundred**

**Charles Makey : The Miller of the Dee**

**'I envy nobody no, not I,**
**And nobody envies me'**

**Cordinal John Henery Newman : Lead Kindly Light**

**Lead, kindly light, amid the encircling gloom,**
**Lead thou me on.**
**The night is dark and I am far from home;**
**Lead thou me on.**
**Keep thou my feet, I don't ask to see**
**The distant scene, One step enough for me.**

হায়নৈ, বুদ্ধি-লৌশিং চাওখৎনবা থবক্তা পুন্সি কথোকপা হায়বসি খ্বাইদগী চাউবা অমসুং মমল লৈবা মীওইবগীদমক সেবা তৌবনি। ওঝা হেড মাষ্টর গৌরহরি মহাক্না ককচিংদা ওঝা অমা ওইনা খোঙ-দাবীরকখিবা মতমত্তুদা সবকারগী অচৌবা ফম পায়নবগী খুদোংচাবা কয়ামুক লৈরমগনি। খুদোংচাবশিংভু মীহৌদনা ওঝা ওইবগী পুন্সিদা খুঙ্গংগী লমদা মশাগী মতম ফরিবৈঙে চহিশিং লেনখিবসি ওইজবা থীদবা, খুঙ্গংগী ফনবা থনবা অরেপ্পা পুকচেল অমা ওঝাগী মফমদা লৈখিবদগীনি। থবক অসি লাইরিক-লাইশু হৈজরগসু সধারন মীওই অমনা হেক্তা ভমগদবা নত্তে। থোইদোকপা গুনশিং অসি চেনবনা অমসুং ওঝানা মহৈ মশিংগী লমদা পীবিরম্বা থবকশিং শকখঙবীভুনা মনিপুর সরকারগী ষ্টেট এৱার্ড ১৯৭৬ – ৭৭ পীভুনা ওঝা গৌরহরিবু ইকাই খুম্নবীখি।

মতমসিগী ওঝাশিং, তম্বীবগী শিনফমবু য়াম্না পেঞ্জনা লৌবীরিবা খুদিংমক্না অমদি তোঙান তোঙানবা শিনফমদা লৈবীরিবা ককচিং হায়স্কুলদগী হৌখিবা মহৈরোয়শিংনা ওঝাগীদমক নিংশিং থোরম থরদং লৌথৎপীরবদি তুংগী মীরোলদা পুক্রিং থোগৎনিঙাই ওইহৌরগনি।





হেড মাষ্টব গৌরহরি অমসুং মহাক্কী সহধর্ম্মীনি পদ্মাবতি দেবী।



প্রদিপ (ওইথংবা) ওজা হেড মাষ্টরগী মচানিপা অঙাং ওইরিঙৈ, হৌজিক্লা জর্নেলিষ্ট প্রদিপ ফানজাউবম য়েংতা অইবা।



কলেজগী লম দিমারকেসন তৌবগা লোইননা ছাত্র-ছাত্রিশিংনা কলেজ চঙ্‌ফমগী লম্বী থোনবগী শক্তম অমা।



অনিশুবা লাঞ্জাও মতুংদা ককচিং বজারদা অহানবা সাইকল কারখানা অমদি দুকান হাংখিবা সলাম ক্ষেত্রসিংহ ওজা হেড মাষ্টর গৌরহরিগা কলেজ লিংবগী মতাংদা নকশিন্না থবক তৌমিন্নখিবা।



চহি অহুম থংন-থংননা জোনগী চেম্পিয়ন ওইখিবা ফুটবল টিম অমদি অতৈ শান্নরোইশিং। ময়ায়দা লেপ্লি ওজানা খোয়দাজবা ফুটবল শান্নরোই মিস্টর য়াঙ্থাঙ্।



পুক্লিং লৈতানা ককচিং হায স্কুল লোকেল ওজাশিংগা লোযননা পৃখৎমিন্নবকখিবা মতমগী ষ্টাফ. ১৯৬১ ,

২

# খা-মণিপুর কলেজ, ককচিংদা লিংখৎখিবা

মণিপুরগী কোন্নুং ইম্ফালদা ইং শোক ১৯৫২ অমসুং '৫৮ দা ইম্ফাল কলেজ অমসুং মণিপুর কলেজ অনিনা মুমিদাং রাইরমগী ক্লাস হাংতুনা লিংখৎখিবা অসি মণিপুরদা অরাংবা থাক্তী মহৈ মশিং তম্বা চাওখৎনবগীদমক লনাই কলেজশিংনা লৌখিবা অচৌবা খোঙথাং অমনি। কলেজ অনি, অসিগী মতেংনা দি, এম, কলেজদা তম্বা ঙমদবা মহৈরোইশিং মরুওইনা সরকারগী থবক তৌবা মীওইশিংনা ওফিস মতম লোইরগা চাং নাইনা কলেজ ক্লাস য়াওতুনা বি, এ, ডিগ্রি থাক ফাওবা তমথবা ঙমখি। মসিগী মথা তারকপদা ইং ১৯৬০ গী হৌগৎলকপা চহিশিংদা মণিপুরগী চীং অমদি খুঙ্গংগী মরুওইবা লমশিংদা খুদম ওইনা চূরাচান্দপুর, উখ্রুল, থৌবাল, মোইরাং ককচিং অমসুং নম্বোলদা লম লমতুগী প্রজাশিংনা অঙম অঙম্বা ফৌ, চেং অমসুং পৈশা খায়গৎনতুনা লনাই কলেজশিং লিংখৎনরকখি। চীং অমসুং খুঙ্গংগী লমশিংদা কলেজ লিংখৎখিবগী য়াম্না মরুওইবা পান্দম অমদি হায়রিবা লমদমশিংসিদা মেত্রিক পাস তৌরবা ছাত্র ছাত্রিশিংনা ইমুং মনুংগী শেল-থুম ফিভম ফংতবদগী মথা চংখবা ঙমজদ্রবা অমসুং ইম্ফালদা লৈফম চাফমগী খুদোংচাবা লৈতবগী অরাবা

মায়োক্নরিবশিংত্নু কোকহন্নবনি। অনিশুবদা, লৌউ-শিংউগী থবক্না অমত্তা ঙাইরবা শিনফম ওইরিবা খুঙ্গা মহৈরোয়শিংনা মেট্রিক পাস তৌরবা তুংদা মপা-মমাগী লৌউ শিংউগী থবকশিংদা অঙম্বা মতেং পাংশিনবা ঙম্বগা লোয়ননা লাইরিক মথা তমথবস্নু ঙম্লগনি। অহুমশুবদা, অরাংবা থাক্কী মহৈ মশিং তম্বগী খুদোং চাবশিং ইম্ফাল সহরদা ঙাক পৈশিন্দুনা থম্বনা মনিপুরগী মহৈরোইশিংদা তুং কোইনা কান্নবা পীবা ঙম্লোই থোইদোক হেন্দোক্লা চীং অমদি খুঙ্গংগী ছাত্র - ছাত্রিশিংনা অরাংবা থাক্কী মহৈ-মশিং, মঙাল উদনা লৈবা তাবনি। মুংঙাইতবা ফিভমসিদগী কন্নবা উপায়দি কলেজ লিংথংপনা ওইখি।

ব্রাথল্লোন অসিগী মন্নুং চন্না অমুক মথা চংথরকপা থবক ওইনা থৌবাল সব ডিভিজনগী খা-থংবা শরুক্তা খুন্দারিবা খুঙ্গাশিংগী ওইবা অচৌবা মিটিং অমা ইং ১৯৬৫ গী মে থাদা ককচিং পঞ্চায় লম্প্যাক হৌজিক্কা নিউ মার্কেট ওইরিবা মফমসিদা পাংথোকখি। মিটিং অতুদা রাজনিতি লুচিংবশিং, সমাজ সেবকশিং, ওঝাশিং, প্রধানশিং অমস্নুং খুল-খুলগী লৈবাক্কী থবক তৌবদা থরায় য়াওবা মীওইশিং য়াওনা এড-হোক গভর্নিং বোর্দি চাওরাক্লা মেম্বর ৩০ দগী হেনবা মীওইশিংনা শাবা অমা শেমখি। শ্রীনাওরেম কহ্নাই সিংহ, এম,এল, এ অমস্নুং ফানজৌবম গৌরহরি সিংহ হেড মাষ্টর, ককচিং হায়স্কুলনা মথংশিংনা গভর্নিং বোর্দিগী চিয়ারমেন অমদি সেক্রেটরি ওইবীখি। তিনখিবা প্রজা মীয়াম্না পুকচেল অমত্তা ওইনা মথক্কী গভর্নিং বোর্দি অসিদা মণিপুরগী খা মাইগৈগী লমদম অসিদা অরাংবা থাক্কী মহৈ তম্ফম শঙ ওইরগদবা কলেজ অমা লিংথংনবগী চংগদবা মচাক-মথুম থোমজিনবা অমস্নুং অথঙ অহৈশিং তানরুনবা দায়ত্ব খুদিংমক শিন্নখি।

মীয়ামগী ওইনা চংশিনগদবা থোঙথাংদি চহিহুগী পোইম্নু থাদগী হৌদুনা ফৌ-চেং অমম্নুং পৈশাগী দোনেসন থোমগৎপগী থবক্তা ওইখি। কলেজগী মফম অমম্নুং মম্মিংদি গভর্নিং বোর্দিগী মিটিং অম্ভু শিল-লাংথিবা অহল লমন, এডুকেনিষ্ট অমস্নুং প্রধানশিংগী মত মতুং ইন্না প্রস্তাপ তৌথিবা মফম্না ককচিংদা অমম্নুং মিংনা "খা-মণিপুর কলেজ" হায়না য়ানখি। তুংদা লাকদবা মীরোলনা মণিপুর তম্পাক্কী খা মাইগৈ অমম্নুং চৌংগী লমদম মতমহুদা তেংনৌপল এরিয়া হায়না খঙনবা প্রজাশিংগী হোংনজমন মহৈ ওইনা জাতিগী সেবাদা কথোকথিবগী লেঙত্রবা খুদম ওইনা লৈহৌনবা য়াথল্লোন্দা য়ুম্ফম ওইরগা লিংখৎথিবা কলেজনি। কলেজ মশাগী ওইবা লমগী মতাংদদি গভর্নিং বোর্দিগী মেম্বরশিং ককচিং য়াইরীগী প্রজাশিংগা তানরগা লেপ্পনবা শিন্নখি।

গৌহাটি ইউনিভরসিটিগী ওরদিনান্স মতুংইন্না মতমহুদা পি, ইউ, থৈরন্দার্দ আর্টস ক্লাস হাংনবগীদমক তঙাই ফদবা ফিভম থর ঙাকপা তারম্মী। মথোয়হুদি :—

১) কলেজ মশাগী ওইবা লম অমম্নুং বিল্ডিং।

২) রিজার্ভ ফণ্ড লুপা ১০,০০০ এন, ডি, সি, (সার্টিফিকেৎ)।

৩) য়ার্কিং ফণ্ড লুপা ৫,০০০।

৪) ফিদর স্কুল মশিং।

৫) মতিক চানা মহৈ-মশিংগী শুন চেনবা লৈফম থোকপা ওঝা মশিং সবজেক্ট খুদিংগী।

৬) লাইব্রেরি লাইরিক মশিং ৫০০ দগী তাদবা।

৭) লমদমহুদা কলেজ অমা লৈবগী মরম ফজনা তাকপা।

৮) সরকারগী রিকম্মেনদেসন।

মথক্কী মচাকশিং অসি লৈনবগীদমক অহানবা অকনবা খোঙজং ককচিং এরিয়াদা চংশিনখি। ইং ১৯৬৫ গী ডিসেম্বর তাং ২৫ দগী ককচিংগী য়ুমথোঙ খুদিংদগী ফৌ শংবাই অমা নত্রগা লুপা ৫০ গী চাংদা খোমগংনবা থৌরাং এদ হোক গভর্নিং বোদিগী লুচিং মথাদা দোনেসনগী কেম্পেইন হৌখি। লোয়ননা কলেজ অমা লৈবনা লমদমসিদা মীহ-মশিং তমনিংবা লৈত লায়র ইমুংগী ছাত্রশিংদা কান্নগদবা পীরগদবহু প্রজা মীপুম খুদিংদা পাওজেল ওইনা দোনেসন চৎপগা লোয়ননা শন্দোকপা ঙমখি। কুইদে মীয়ামগী ওইবা খোদোক ওইখি মীপুম তিংনা অঙম অঙম্বা দোনেসন পীদবা য়াওখিদে। পোইন্থু থা লোইরকপগা লুপা ৫০০০ ( লিশিং মঙা ) গী শেনফম শুরকপদগী কলেজগী রার্কিং ফণ্ড ওইনা বেঙ্কতা থমজিনখি। লমগী মতাংদস্থু ককচিং রাইরিগী অহল-লমন অমদি নহারোলশিংগা পুন্না মিটিং তৌতুনা পঙ্গাও পল্লুমদা কলেজগীদমক লম একর ২৫ ( কুনমঙা ) বিজার্ব তৌবা হায়না য়ানখি। লমগীদমক য়েৎনবা লৈত্রবনিনা মনিপুর সরকারগী রিভেন্যু ডিপার্টমেন্টনস্থু অহানবগী ওইনা লম একর ৭½ থক খা-মণিপুর কলেজগী মিংদা এলোটমেন্ট ওরদর থোকখি।

ওঝা হেড মাষ্টর গৌরহরি কলেজগীদমক ককচিং ইম্ফাল য়াম্না তোয়না হঙ্গং হন্দা চৎপা তাখি। হান্নবা ইম্ফালদা প্রাইভেৎ কলেজ লিংখৎখ্রবা প্রিন্সিপানশিং খুদম ওইনা, থৌদাম নিলমনি সিংহ প্রিন্সিপাল ইম্ফাল কলেজ অমসুং চিঙাথম পীশক সিংহ প্রিন্সিপাল মণিপুর কলেজ ইম্ফালগা উনহুনা গৌহাটি ইউনিভরসিটিদা কলেজ লিংখৎপগী দরখাস্ত থানবগী রারোলশিং তানৈ। ফংলকখিবা ঈ-পাও অয়াম্বা গভর্নিং বোদিগী মেম্বরশিংদা মিটিং তৌতুনা থংহনখি।

গৌহাটি ইউনিভরসিটিগী নিয়ম মতুংইন্না অনৌবা কলেজ অমা লিংখৎনবগী দরখাস্ত অসি মরি লৈনবা চংদবা য়াদবা মচাকশিংগী ৱারোল য়াওনা কপি অহুমথক গৌহাটি ইউনিভরসিটিদা জন্নুয়ারি তাং ৩১, ১৯৬৬ কী মমাংদা য়ৌহনগদবনি। অতৈ ৱারোলশিং অরুবা ওইত্রে প্রজাগী সহযোগ ফংবদগী। খ্বাইদগী মরুওইবা মরম অমগীদমক ওঝা হেড মাষ্টর কলেজগী সেক্রেটরি অমা ওইনা য়াম্না ৱাখি। ওঝা ওইবীনবা এম,এ, দিগ্রি পায়বা থিবা অমসুং সবজেক্ট হাংনবগী ৱারোলগী মতাংদনি। মতমদুদা থুঙ্গংগী লমদমদা এম.এ, পাস তৌবা মীওই মশিং য়াম্নালৈত্রি। ককচিংগী ওইনসু সবজেক্ট শুনা এফিলিয়েসন লৌনবগী মিং পীথৎনবা মীওই মশীং শুনা লৈত্রি। প্রিন্সিপালগী ওইনদি ওঝা নবকুমারগী মিং থাগৎপা য়ানরে। ওঝা নবকুমার মতমদুদা ৱাবগাই হায়র সেকেণ্ডরি স্কুলগী প্রিন্সিপালনি, এম,এ, বি,টি,নি। উপাই অমা পুথোকখি। অথুবা মতমদা অসাম ত্রিবুন্দা এদ-ভরটাইজ তৌদুনা ওঝা কৌথি। ওঝা গৌরহরিগী থৌশিল মাই পাকখি, মপান্দগী দরখাস্ত লাকখি। অসুম্না দরখাস্ত থারকখিবা মীওইশিং অদুগী মিং ওঝা ওইগদবা লিষ্টা য়াওশীনখি। ফংদবা থর অমনা ইম্ফালদগী সরকারগী থবক তৌদবা এম, এ, পাস তৌরবা নত্রগা থবক থিরিবা মীওইশিংদগী মতেং লৌখি। অসুম্না মাইগৈ অসোমদা কলেজ অমা লিংখৎনবগীদমক মতমচানা গৌহাটি ইউনিভরসিটিদা ইং ১৯৬৬ জন্নুয়ারি ৩১ গী মমাংদা য়ৌহনখি। পর্মিসন অমসুং এফিলিয়েসন পি,ইউ, (A) থাক ফাওবগী গৌহাটিদা তান্নবা চৎপা অহানবগী থোঙচত্তা ওঝানা মহাক্কী মনাওশিং থোকপা (নুপী মরী) এন, বীনয় সিংহ এদভোকেৎ মতম অমগী কটন কলেজগী শক্লাইরবা ছাত্র ওইখিবগা লোয়ননা চৎলুবগী য়াম্না কান্নবা ফংখিবগী ৱারী গভর্নিং বোদি মিটিংদা ফোংদোকপীরম্মী।

কলেজ লিংখৎনবগী থাখিবা দরখাস্ত ইউনিভরসিটি ওথোরিটিনা য়েংশিল্লবা তুংদা মণিপুর সরকারগী অয়াবা ব্বারোল অমা য়াওহল্লক্কদবনি হায়বগী চিঠি অমা ফংখি। থিন্থবা তৌদনা ওঝা গৌরহরিনা এডুকেসন দিপার্টমেন্টতগী সরকারদা চে ইথৎহন্দুনা সরকারগী ওইবা অয়াবা ব্বারোল লৌখি অমসুং মশামক গৌহাটি চংতুনা ইউনিভরসিটিদা পীশিনখি, জুন থা ১৯৬৬ তনি। শোয়দনা পর্মিসন ফংবা য়াই হায়বগী থাজবা লৈরতুনা ওঝানা ক্লাস হৌবা য়ানবা ককচিং অমসুং অকোইবগী খুঙ্গংশিংদগী ছাত্র ছাত্রি খোমজিন্দুনা মীং চনবা হৌনবা থৌরাং লৌখৎখি। নুমিদাংবাইরমদা চংথগদবা ক্লাস ওইবনা ককচিং হায়স্কুলগী ওফিস ষ্টাফ অমদি ক্লাস রুম লোয়নননা চৌকিদার কলেজনা শিজিন্নবা য়ানবা মেনেজিং কমিটিগী অয়াবা পীখি। ওঝা ওইবা নত্রগা সরকারগী ওফিসশিংদা থবক তৌবা মীওইশিংগী মিং খোমগৎতুনা অহানবা ওইনা ছাত্র ৪৫ মিং চনশিন্দুনা এটেন্দেন্স রেজিষ্টারনচিংবা শেমখি। মতম খর য়াম্না লাংতক্লনা ঙাইনরবা তুংদা জুলাই থাগী ময়ায়ব্বাইদা গৌহাটি ইউনিভরসিটি রেজিষ্টারদগী থারকপা লেটর অমনা কলেজ হাংবা অমসুং সেসন ৬৬-৬৭ তগী ক্লাস চৎথবা য়ারগনি হায়না খঙহল্লকখি। মীয়ামদা লাওথোক্তুনা খঙহনখি, প্রজাশিং হরাওবনা ঙমখৈ লৈখিদে। মপুং ফাবা কলেজ অমা লিংখৎপা য়ারগনি হায়বগী পার্মিসন পীরবনি। অহানবগী ওইনা পি,ইউ,(A) গী থাক ফাওবনি। হাংগদবা বিষয়শিংনা ইংলিস, মণিপুরি, পোলিটিকেল সাইন্স, ইকোনোমিক্স হিষ্টরি, ইডুকেসন অমসুং লেজিকনি। ছাত্রশিং রিগুলার ওইনা পরিক্ষা পীবদি য়াদে মরমদি নন-কলেজিয়েৎ ওইনা ইম্ফাল কলেজগী সেন্টরদা এন, সি, ফী থীরগা থাগদবনি।

চহিসিদা হৌবগী য়াম্না খুদোংচাথিবা অমদি লোকেল এম, এ, দিগ্রি হোল্লদর থর তোঙান তোঙানবা বিষয়শিংদা থোরকখি। মথোয় পুন্নমক কলেজ লিংখৎপগী থবক থৌরাংশিংদা হৈনিংনা গভর্নিং বোর্দি তেংবাংনি। থোইদোক হেন্দোকপা মরম অমদি মথোয় খুদিংমক ওঝা হেড মাষ্টরগী ছাত্রভাক ওইখিবনা কলেজগী লুরবা তাংকম অমা ওঝানা থেংনরিবত্ থওইদনা নৈথোকপা পামখিদে। সেসন জুলাই থাগী তাং ২৭ তগী হৌখি। হৌগৎলকপা মতমদদি ক্লাস মপুং ফানা চৎথবা অরাবা মরম ওইখি মরমদি ইংলিসকী তম্বীনবা ওঝা তাংদাং অমা নৈতবদগী অদুম ওইনমক হায়স্কুলগী এক্সপরিয়েন্ট লৈরবা বি,এ,বি,টি, ট্রেন তৌরবা ওঝা থরগী মতেংদগী ভম্ন ভম্নবা হোৎনখি। ১৯৬৭ কী লোইরমদাই মতমদা এম,এ, ইংলিস পাস তৌরবা ওঝা হেড মাষ্টরগী ছাত্র ওইখিবা অমম্ন কলেজদা সার্ভিস পীখি। কলেজগী হৌগৎলকপা চহি ১/২ দা ককচিং লমদমগী ওইনা এম, এ, পাস তৌখিবা অমসুং কলেজদা ওঝা ওইখিবা থরদি :—

১) নাওরেম গম্ভার সিংহ — ইকোনোমিক্স
১) নোংমাইথেম নিমাই সিংহ — ফিলোজোফি
৩) ক্ষেত্রিময়ুম কুন্দ্র সিংহ — পোলঃ সাইন্স
৪) নাওরেম ইবোতোম্বী সিংহ — হিষ্টরি
৫) ক্ষেত্রিময়ুম মুনাল সিংহ — ইংলিস
৬) মোইরাংথেম মোহন সিংহ — এডুকেসন
( মতম থর পুরম্নগা ইম্ফাল কলেজদা চংখি )
৭) ময়াংলম্বম ইবোহল সিংহ — হিষ্টরি (মণিপুরি তম্বীবা)

মথক্কী ওঝাশিং অমস্তুং প্রিন্সিপাল এন, নবকুমার সিংহ তলব লৌদনা মীয়ামগী শুর্থদা থবক তৌবীখিবনি কলেজদবু হিংছোরবদি। হায়বগী রাখলদা। তশেংনমক অচৌবা উপাই অমা ওইখি গভর্নিং বোদিগীদমক।

মথং চহি ১৯৬৮গী সেসন হৌরমদাইদা এফিসিয়েসন পীবগা মরি লৈননা গৌহাটি ইউনিভরসিটিগী ইন্সপেন্সন অমা থৌদাম নিল্লমনি সিংহ প্রিন্সিপাল ইম্ফাল কলেজনা ইউনিভরসিটিনা থমখিবা টার্মস অমদি কন্দিসন পাংথোকপা উম্লব্রা হায়বতু য়েংশিনবা লাকখি। য়াম্না মরু ওইবা ইন্সপেক্সন অমনি। পি, ইউ এফিলিয়েসন ফংনবগী রাফমদা নত্তনা বি, এ, ক্লাস হাংবা য়ানবগী থৌরাং চংশিন্নবগী ফিরেপ লৌদবা য়াদ্রবা মতমনি। চাক-ঈশিং য়াওনা মরুওইবা জি,বী, মেম্বরশিং, ওঝাশিং অমদি প্রিন্সিপাল পুবীরিবা ওঝা নবকুমারস্তু য়াওনা ইন্সপেক্সন পাংথোকপীরিবা প্রিন্সিপাল নিল্লমনি সিংহগা কলেজগী তুংগী ফিভম মুন্না খন্নখি। চাওরাকপা ওইরিবা ফিভমশিং য়েংশিনবীরবা তুংদা য়াম্না মরু ওইবা রাফম অনিদা খন্ননবা ওঝা নিল্লমনিনা তকশিনখি। অহানবা রাফমদিঃ (১) রিগুলার প্রিন্সিপাল অমা হাপ্পা (২) কলেজ মশাগী ওইবা বিল্ডিং অমা লৈবা অনিসিনি। রিজার্ব ফণ্ডগী রাফমদি থোইদোক্লা লুদ্রে, লুঃ ১০,০০০গী থমজিন্নবগী থৌরাং খুদক্তা লৈরে। বিল্ডিংগী রাফমস্তু খন্ননিঙাই মরম লৈরে। হায়বদি য়াম্না শক্তি লৈবা বিল্ডিং কমিটি অমা সোরা, ইরেংবন্দগী হৌরক্তুনা শেরৌ ফাওরগী প্রধানশিং অমদি অতৈ লিদরশিং য়াওবা, শেমখ্রে। লোয়ননা সলাম ক্ষেত্র সিংহনা শাগদৌরিবা ক্লাস রুম বিল্ডিংগা নক্তনা অচৌবা লাইব্রেরি হোল অমা শারগা কংলগনি হায়না ইচং থৌনা চোংথোকপীরকখি।

পুকচেল চাওরবা দোনর সলাম ক্ষেত্র সিংহ ওঝা হেড মাষ্টরগা তংন-থানদনা কলেজ বিল্ডিং শাবা লোইহ্রিবা ফাওবা অরাবা কয়া থাওমিন্নখিবা মীশক অমনি। কলেজগী শঙ শানবগী থবক ইং ১৯৬৮ দা শোইদনা হৌরগনি হায়না গভর্নিং বোর্দি মেম্বরশিংনা থমখিবা রাফমত্থু ইন্সপেক্সন লাকপীরিবা ওঝা নিলমনিনসু থাজখি।

অতৈ অতৈ রারী কয়ামুক শানবদগী ওহাক তুমিন-তুমিন লৈনরিঙৈ মিকুপ অমদা খ্বাইনা হৌদোক্লবা চেয়ম্ব্রবা রাফম অমা ওঝা নিলমনিনা তপ্না "প্রিন্সিপালগী রাফমসি নবকুমার বাবুদা অশুম কনফাম তৌরসিনে"। ওঝা হেড মাষ্টর নহৌশানা মীওোন্দা পোৎলুম ওইগদবা রাফম অমা গিৎ নমশিন্দুনা রা ভাওবা কয়া হৈনদে অত্থুম ওইনমক কলেজগী লুরবা তাংফম অমা থেংনরিবত্থু ওঝা নবকুমারগী পাওথুম অমনা অমুক্তং কোকহনবীরবদি মুংভাইখ্রনিদা হায়বগী রাখলদা মায় ভাঙতক চিনবান কাওদনা লুকথত্নুনা লৈ। অশিংবা ভাক্তনি, ফিভমত্থু ইউ উনৈ। ওঝা নবকুমার হায়ার সেকেণ্ডরি স্কুল রাবগাইগী প্রিন্সিপালনি। হায়স্কুল ওইরিঙৈদগী হায়ার সেকেণ্ডরিদা অপগ্রেদ তৌরকপা ফাওবদা ওঝানা থুদোংথীবা কয়া মায়োক্লরগা চাওখৎলকখিবা স্কুলনি। খুদক্তা হেক স্কুলত্থু থাদোক্লগা কলেজগী প্রিন্সিপাল ওইরগে হায়বত্থু মঙোন্দা পোৎলুম অমা ওইখি। মশাগী ওইজবা রারেপ লৌগদবত্থু মতম থরদং পীহল্লিংখি। ওঝা নবকুমারগী পুক্লিংগী রাফম থর তারবা তুংদা ওঝা নিলমনিনা য়াম্না হৈশিংনা চেকশিন্না থল্লগা কলেজ কন্নিংবদগী অমদি ওঝা নবকুমারনা গভর্নিং বোর্দিগী অপাম্বা থুংহনবা ওইনা অমুক ওইরগে থনবা মতমদা শিন্নবা য়ানবা কলেজ হৌদোকমিন্নরখিবা ওঝা অমবু এক্টিং প্রিন্সিপাল ওইনা পুহনবগী মওংদা রিপোর্ট ইখি। অতেনবা মতমগী

ওইনা, করিগুম্বা অনৌবা কলেজ অমা লিংখৎপদা, ক্বালিফাইদ প্রিন্সিপাল ফংদ্রিবৈদা এক্তিং প্রিন্সিপাল অমনা ওফিস পুবা য়াই। চহিত্তুগী সেসন হৌদ্রিবৈদা থা-মণিপুর কলেজ এফিলিয়েসন পীরে হায়না খওহল্লকখি লোয়ননা ছাত্রশিংস্থু চহিত্থুদগী হৌরত্থুনা পি, ইউ, পরিক্ষা রিগুলার ওইনা কলেজ মশাগী ওইনা থাগৎপা য়াহনখি। মণিপুর সরকারদগী এদ হোক গ্রাণ্ট ওইনা চহিগী লুপা ১০,০০০ (লিশিং তরা) থকস্থু ফংবা হৌখি।

পেনখোক্তুনা লৈবা য়াদ্রি। এফিলিয়েসন পি, ইউ ষ্টেণ্ডার্দ ফাওবা পীরগস্থু কলেজগী থাক ফাওবা মহৈ-মশিং তম্বা হায়বসি বি, এ, য়ৌনা তম্নবগী খুদোংচাবা পীদ্রগদি কলেজ লিংখৎলুবগী অর্থ লৈতে। ইউনিভরসিটিগী ইন্সপেক্সন রিপোর্ট খুদিংদা তৎতনা অরাৎপা অনিথক মেনখৎননবা খওহল্লকপত্থু ওঝা হেড মাষ্টর কাপ্রথোকপা লৈতে। মহাক্কী হায়স্কুল এদমিনিষ্ট্রেসনগী থবকশিং অত্থুস্থু কায়হন্দনা কলেজগীদমক অকক্লবা মতমগী মন্থুংদা পাংথোক্কদবা থবক অনিথক্কী পোরম য়াংখ্রে। ক্বালিফাইদ প্রিন্সিপাল অমা থীবা অমস্থুং কলেজ মশাগী বিল্ডিং অমা পঙ্গাও পল্লুমদা শাগৎপা অনিসিনি। গভর্নিং বোর্দি অমদি বিল্ডিং কমিটি অনিগী অপুনবা মিটিং অমা কৌত্থুনা থবক অনিসি পাংথোক্লবা থন্নখি। শঙ শাগৎপা হৌনবা অমস্থুং দোনেসন খোমগৎনবা দায়ত্ব অয়াম্বা বিল্ডিং কমিটিদা শিন্নখ্রে অত্থুগা ওঝা হেড মাষ্টরনা সেক্রেটরি অমা ওইনা প্রিন্সিপাল ওইনবা মতিকচাবা মীশক অমা থীনবা অমস্থুং এফিলিয়েসনগা মরি লৈনবা ওফিসকী থবকশিংগী দায়ত্ব লৌখি। ১৯৬৮ গী মার্চ্চ থাদা য়েংখোম তোম্বা সিংহ প্রসিডেন্ট বিল্ডিং কমিটি, নোংমাইথেম গুলামজাৎ সিংহ ভাইস প্রসিডেন্ট অমস্থুং

নাওরেম ইবোতোন সিংহ সেক্রেটরি বিল্ডিং কমিটিগী মিংয়েং মথাদা এলাংবম বিনয় মতমন্থগী এসিষ্টেণ্ট ইনজিনিয়র হায়রে সাউথ য়াওনা কলেজ কেম্পসতা সাইট প্লান পরিং থাবগী থবক পাংথোকখি। মতুং তারকপা ওইনা অখণ্ড-অহৈ তানরগা অফবা মুমিং অমা লেপথোক্লগা যাত্রা হুনবগী থৌরম পাংথোক্লবা থল্লখি। মতম অসিদা কলেজ বিল্ডিং শাগৎপা হৌনবগী খুদোংচাবা অমদি সলাম ক্ষেত্র সিংহ (দোনর ওইরক্কদবা) মেম্বরনা মশাগী ওইবা চেক বঙ্গালিভাটা অমা ইকপা খুঙ্গাপান্থগী ফাউণ্ডেসন হৌবা কোন্ননবা চেক লৌবা য়াগনি হায়না খণ্ডহল্লকখি। হায়রিবা চেক অসি মমল্ল লৌদনা কলেজ কেম্পসতা মশানা হোঞ্জিনবীখি। প্রজাদা অচৌবা উপাই অমা ওইখি।

অমরোমদা, ওঝা হেড মাষ্টরসু প্রিন্সিপাল অমা থর সেনিয়র ওইবা ফংননবা কন্না থীরি। মহাক্কী মরুপ অমনা পীরকপা পাও অমগী মতুংইন্না ওইনামদা ওঝা অমা রাজনিতিদা চংনবগীদমক থবক্কগী পোথাপ্রে হায়বা খঙলে। ওঝাহুগী মিং এম, অমুতোম্বী সিংহ কৌই। মহাক এম,এ, বি,এদ, নি। ওঝা হেড মাষ্টর থীনথবা তৌদনা ওঝা অমুতোম্বীগা উনখি, এক্তিং প্রিন্সিপালসু য়াওখি। রারী থর কলেজগী অরুবা ফিভম য়াওনা শানরবা তুংদা প্রিন্সিপাল ওইনা ইউনিভরসিটিদা ওঝা অমুতোম্বী মিং থাপ্রগে হায়জবহু মহাক মশানা হরাওনা য়াবীখি। মহাক্না মত থরদি থমখি মরমদি মহাক লেঙদনা ককচিংদা লৈবদি ওল্লোই মরক মরক্তা দরকারগী মতুংইন্না পাও ফাওনরগা লাকে হায়বসিনি। অসিগুম্বা থৌরাংসি অয়াম্বা খুঙ্গংগী অমদি চীংগী কলেজশিং লিংখৎখিবা মতমদা শিজিন্নখিবা মান্নবা উপাই অমনি।

মরু ওইবা মচাক অনি, হায়বদি ক্বালিফাইদ প্রিন্সিপাল অমস্থুং কলেজগী বিল্ডিং শাগংনবগী আশা উরবনিনা দিগ্রি অফিলিয়েসন তানবদা অন্নাবা ওইররোই।

কলেজ বিল্ডিং শাগৎনবগী যাত্রা হুন্নবগী থৌরাং লৌখৎলে। মতমদুগী মণিপুর সরকারগী এডুকেসন মিনিষ্টর শ্রীনিংথৌখোংজম তোম্বী সিংহনা ১৯৬৮ জুন থাগী তাং ১০ নিংথৌকাবা স্নানযাত্রা নুমিত্তা যাত্রা হুনবীখি; মীয়ামগী অচৌবা ফ'সন অমা ওইখি, ইতিহাসকী কাওডম্ন-রোইদবা মফম পঙ্গাও পল্লুম, ককচিং রাইরি। বিল্ডিং কমিটিগী অহন-লমন পোত্থাবা লৈখিদ্রে। ককচিংগী পার্ট থুদিং অমদি খুল্লোন্নবা খুঙ্গংশিংদা ফণ্ড থোমজিন্নবগীদমক সব-কমিটিশিং শেমদুনা, খা-মাইগৈ প্রজাশিংগী অচৌবা মাস কেম্পেইন অমা পাংথোকখি। স্কুলগী ছাত্র ছাত্রি ওঝাশিংগী লিচিং মথাদা সোসিয়েল সার্ভিস তৎতনা পাংথোক্লুনা কলেজ কম্পাউণ্ড অমদি এপ্রোচ বোদনচিংবা ফজনা শেমগৎখি।

ইং ১৯৬৮গী সেসন্দগী বি,এ, অহানবা চহি হাংবা হৌননবা ইম্ফাল কলেজ প্রিন্সিপালগা জুলাই তাং ৪ দা উনদুনা তানৈ। গভর্নিং বোদিগী য়াথং মতুংইন্না বি,এ, অহানবা চহিগী ক্লাস চংথবা হৌখি। অহানবা চহিদি প্রোমোসন পরিক্ষা ওইবনা থোইদোক্না চিংন্দনা অহুম চৎথখ্রে। মতমদুদা সরকারগী এদ হোক গ্রান্ট ফংবা হৌখ্রবনিনা মণিপুর সরকারগী এডুকেসন ডাইরেক্টরনস্থু ইন্সপেক্সন লাকই। চহি অমদা য়ামদ্রবদা ইন্সপেক্সন অনিরক্তি শোইদ্রে। পুন্নমকসিগী থৌরাং অয়াম্বা ওঝা হেড মাষ্টরনা তৌবীখিবনি। চহিসিগী সেপ্তেম্বর থাদগী ওঝা অমুতোম্বীসু কলেজগীদমক ককচিংদা লাকখি অমস্থুং চান্ন-থক্লবা

অমদি লৈফম ওঝা হেড মাষ্টরগী কাটরসতা শিনথি। ওঝা হেড মাষ্টরনা থর্চ্চ অয়াম্বা পুথোকপীথিবনি। কলেজগী বিল্ডিং প্রোগ্রেসস্থু য়াঙশিল্লকথি।

কুম অসিদা গান্ধি সেন্টেন্যরি পালন ওক্তোবর থাদগী হৌথি। ককচিংদস্থু রাইরি জুনিয়ার হায়স্কুলদা চাওনা পাংথোকথি। থৌরম অসিগা মরি লৈননা লাকথিবা এড়ুকেসন মন্ত্রিনা কলেজগী বিল্ডিং শাগৎলিবহু মিৎয়েং তাবীরম্মী লোয়ননা থবক য়াঙশিনবা মতৌহু উবদা অপেনবা ফোংদোকপীরম্মী। প্রজা সেক্সন খুদিংমক্না পীরিবা সহযোগ অহু লিংজেন মান্নবগী খুদম্নি হান্নবা থাগৎপীরম্মী।

ইং ১৯৬৯ গী মার্চ্চ থা লোইরকপদা কলেজ বিল্ডিং চেক্কী রাল ময়েপ ফংলহুনা কাক্কি য়ানবা অমস্থুং অতৈ উগী থবক্তমক ঙায়শিল্লক্লে। দোনর ওইবীরিবা সলাম ক্ষেত্র পুকচেল চাওবা, মশাগী ওইজবা থীদনা অথাঙ কনবা, অমস্থুং থবক শু-নোম্বা কনবা মীওই অমনি। মশানা দায়ত্ব পুবীরিবা শঙ অহুদা নৎতনা প্রজাগী মতেংনা শাগৎলিবা কাশিং অহুগী দরকার লৈবা পুন্নমকস্থু মহাক্না হান্নবা পুথোকলগা কোন্না হঞ্জিনবা ঙাক্তনি। পুন্নমকসিগী মথক্তা ওঝা হেড মাষ্টরনা কলেজগী মিংদা এন, ডি, সি, সার্টিফিকেট লৈহুনা বিজার্ভ ফণ্ড ওইনা থমজিনগদবা অথুবা শেমফম হায়বদি লুঃ ১৫,০০০ থোমজিন্নবা হোৎনবদা সলাম ক্ষেত্র সিংহগী তেংবাং য়াম্না ফংখি। মথোয় অনিনা য়াম্না ভাব তাননা দাইত্ব লৈনা অমস্থুং নকশিন্না কলেজগীদমক হোৎনখিবগী মহৈনা মতম চানা ডিগ্রি হাংবা অমস্থুং কলেজ শঙ্গাবা ঙম্নগনি হায়বগী থাজবা প্রজাশিংগী পুক্নিংদস্থু ফাওথি।

ইং ১৯৬৯ এপ্রিল তাং ৬ তা ওঝা অমুতোম্বী ককচিংদা ওঝা হেড মাষ্টরগী কাটরসতা অমুক থুংলখি। ইন্সপেক্টর ওফ কলেজস গৌহাটি ইউনিভরসিটিগী ইন্সপেক্সন অমা বিপিন পাল দাসনা তাং ৭ তা ডিগ্রি হাংবগা মরি লৈননা কলেজ য়েংবা লাকখি। ইউনিভরসিটিগী হকথেংননা থারকপা ওইবনা কলেজসিগী অকুপ্পা য়ারোলশিং প্রিন্সিপাল অমা ওইনা ওঝা অমুতোম্বী কুপ্পা মাংজোননা ওঝা হেড মাষ্টরগা লৈনবগী তঙাই ফদবা অমা লৈখি। মরমদি ওঝা প্রিন্সিপালম্বু ককচিংদা তোয়না লৈতবনিনা গভর্নিং বোদিনা মতম মতমগী ওইনা ঙম্নবা থেংনখিবা থবকশিংহু মহাকম্বু খঙবা তাবনি। ইন্সপেক্টরদা পীশিনগদবা চে চাং অমদি য়ারোলশিং মথোয় অনিনা মপুং ওইনা ঙাঙনগদবনি। বিল্ডিং কমিটি অমদি গভর্নিং বোদিগী অহল-লমনশিংম্বু অয়াম্বা পাও পীহুনা খঙহনখ্রে। মীপুম খুদিংগী থম্মোয় লাংতক্লখি অহুবু অরাবদি ফাওখিদে। মরমদি কলেজ বিল্ডিং শাবা লোইশিন্নগম্বু মথক কুপ্পা হৌবগী ফিভমদা লৈরবনিনা হায়নখিবা মতমদা শোইদনা লোইশিনবা ঙম্নগনি হায়বগী থাজবা লৈরে। মহৌশাগা মান্নদবা হরাও তুজুংগী ঈপোম অমনা মেম্বরশিং অমদি খুলগী অহল-লমনশিংগী থম্মোয় থুমহংখিবগুম তৌখি।

তাং ৭ এপ্রিল, ১৯৬৯ নিংথৌকাবা নুমিৎকী অয়ুক অঙনবদা জিপ অমা রায়রহুনা য়াই, নিমাই সিংহ মতমহুগী এম, এল, এ, ভাইস প্রিন্সিপালগা লোয়নন্না সার্কিট হাওসতগী বিপিন পাল দাস লৌরুনবা চৎলি। মহাক্কী বুক ফাষ্ট চাবগী মতম থর ডাইনরগা লাকমিন্নখি। অতৈ অতোপ্পা কলেজশিংগী প্রোগ্রামম্বু লৈবনা মহাক ইম্ফালদা অমুক হনখিগদবনি। লম্বীদা এম, এল, এ, গা য়ারী শানৈ মণিপুরগী

রাজনিতিগী ফিভম য়াওনা। মহাক রাজনিতিদা য়াম্না ইন্টরেষ্ট লৌবগুম উই। মতমত্তুদা মণিপুর সরকার, এম, কোইরেংগী সরকার মরা চেত্তবগী মওংদা লৈরম্মী। য়ারী শানবত্তুদা মহাক মনিপুরগী শক্লাইবা লিদরশিং মরুওইনা সোসিয়ালিষ্টকী লিদরশিং খণ্ডনবগী য়ারোল য়াওই। মশাগী ওইবা মতাংদদি মহাক ইউনিভরসিটিদা চংদ্রিবঁ মমাংদা ডারঙ্গ কলেজ অসামগী প্রিন্সিপাল ওইরম্মী। বনারস হিন্দু ইউনিভরসিটিনগী এম, এস, সি, পাস তৌরকখিবনি। য়া ঙাঙবদা তাবা য়াম্না মুংঙাই, খোঞ্জেল লুম্মী শক্তি লৈ, গুন চেনবা মীশক্কি। য়ারী শান-শান ককচিং লমখায় য়ৌখিবা খঙহৌদে। হাম্নগী ফোরেষ্ট রেঞ্জরগী ক্বাটরস মপাদা ঙহাক খামখো হায়না ইঙ্গিং তৌই। ঙহাক কুমখত্তুনা অহাংবা মফমদা ওইবনা তাঞ্জা লৌনৈ কুইনা ফমজিন্দুনা লাকপগী অরা-পোত্থাবা ওইনা। বিপিন পাল কাংচুপ অমা পুখোরক্তুনা চুরুট মচাক থম্না হাপচিল্লগা চুত্থনা চিংই। য়াম্না হাওনা থকই। মখা ওন্দুনা এরোপ্লেনমগী অচৌবা লমহাংলোমদা ওনশিন্দুনা য়েংই। ওঝা নিমাইনা অনিশুবা লাঙ্গাওদা পৃথিবী শিন-থুংনা খঙনখিবা পল্লেন-এয়রফিলদনি হায়না তাকই। আই এন,এ, গী লান্মীনা মণিপুর য়ৌরকপগী য়ারী ঃসুং সুভাসচন্দ্র বোসকী অঙকপা খোনাগী খোদোকশিংগী মতাংদদি বিপিল পাল দাসনা অত্থুম মখা ঙাওথখ্রে। মহাক সুভাসচন্দ্র বোসপু লাংচবা অমসুং মহাক্কীদমক চাওথোকচবা মীশক অমনি হায়বত্থ উংথি।

ককচিং বাজার য়ৌরে। ঐখোয়না ককচিং য়ৌরে হায়না তকই। মহাক ঙক্তক তৌই। মহাক্না খল্লম্বদি সহর মচা অমগী ফিভমদা লৈরমগনি হায়বসিনি। ককচিং হায়স্কুল, তম্না খৌজিল্লে। ওঝা হেড মাষ্টর ওঝা অমুতোম্বী অলসুং অতৈ অহল ওইরবা মেম্বশিংগা উনরে।

এম, এল, এ না শকতাকখি। ওফিসকী চে-চাং থর য়েংলগা কলেজ বিল্ডিং অমসুং কেম্পাস য়েংবা পাম্মী হায়রকপদগী ময়াম পুন্না সাইকলনা থর অদুগা ওঝা হেড মাষ্টর প্রিন্সিপাল অমদি অহল থরগা জিপ্পা তোংদুনা কেম্পাস তম্না চংশিল্লি। ইন্সপেক্টরনা পুক্লিংদা ইয়াং-য়াংনা থনবা মতৌদা ময়াম পুম্নমক করম্নো হায়না লাংতক্লখি। পঞ্জাও পল্লুম য়ৌরে, কলেজ কেম্পাস য়ৌরে। ককচিং রাইরি থুল্লক ফাওরগা লাকপনিনা অচৎ-অওক খুদিংনা কলেজ য়েংবা গৌহাটিদগী অচৌবা অমা য়ৌরকখ্রে হায়দুনা ইনিন নিল্লি। থুল্লকী অহলশিং থোঙনা হায়নরুবা তৌদনা কলেজ তম্না চংশিন্নরকখি। কলেজ ইন্সপেক্টর ওকপগী মিথিং মপুং ফাখি, অঙকপা তাঞ্জা অমনি।

পঞ্জাও পল্লুম অচৌবা অহাংবা লম্বাং অমনি। নোংচুপ্তা চীংশাং পরেং অরাংদা এস, এস, বী কেম্প, মথাদা সেকমাই তুরেল অমসুং নোংপোক্তা ককচিং মান্তক লম্বী লৈ। কলেজগীদমক প্রজাশিংনা কনবীরম্বা এরিয়াদি একর ২৫ নি। লম্বাং অসিগী মনুংদা কোমফুৎ ইরোয় লৈওনফম মশিং থীঙমদনা লৈ, থুলগী শঞ্জাবুংনি। তুরেলগী মওংদা অকুৎপা মরিল অমসু লৈ। নোংবালৈ তিংখং পাম্বী, কাম্বীরৈ পাম্বী অমসুং হৈজাম্পেট পাম্বীনা মোংশোং মচা মচা শেমদুনা হৌই। মৈকোক থা লোইখিবা মতুং ওইবনা চীংয়াগী লোইরোয় ঙমথরকপা মফমদা চোংখৎলকপা তুমনৌ-হানৌ অশংবা ফ্রাংজি থাবগুম নিংথিজৈ। চীংথোঙদা হৌরিবা তেরা পাম্বীসু তঙাঙ তঙাঙবা মপালনা লৈতেংই। কলেজ গেটতা হৌরিবা অচৌবা থোঙনাং পাম্বী অনি মশা মরেং ফম্না অনৌবা মনা চোংখৎলমদাই থৌরাংদা হায়দুনা শান্নরি।

লম্পাক অসিগী নোংচুপলোমদা চঙশিল্লপ শাবা কলেজগী শঙনি। অচৌবা হোল সলাম ক্ষেত্র সিংহ দোনরনা কংপা শঙ নোংপোক ওন্না খা-রাং মযুং ওইনা শাবনি। মসিগা শম্মনা নোংপোক-নোংচুপ্তা মমুং ওইনা অচৌবা কা অমগা মচা অমগা পুন্না অনিনি প্রজাগী দোনেসন্না শাবা। ইকুই-কুইদনা থোনখিবা কলেজ চঙবগী লম্বী অকুৎ অতোং নাইনা পোৎ-চৈ শঙ শাবগী চেক হোনজিনবদা শোকচিনবদগী উফুল থর চেল্লবসু চৎথোক-চংশিন তৌবদা য়াম্না মুংঙাইবা মতমনি। শঙ শাবা লোইশিল্লমদাইগী উগী থবক মপুং ওইনা শুবা মতম ওইবনা লৈমায় অমসুং শঙগী অকোয়বদা উতেক-রাতেক চেকতেক্লচিংবা ইচাই চাইনা তাহনা লৈ। চাওখ্রবা লম্ফাংহদা কলেজগী শঙ পিক্কক্লা চিল্লা লৈরিবা শক্তমহনা বিপিন পালগী পুক্লিং চিংশিনখি। মহাক্লা চেক্টী ফক্লাং মখুৎনা নমহনা য়েংই অহুগা হংলকখি। "শঙ অসি শিজিন্নবগী থৌরাং কবিনো ?" বিল্ডিং কমিটিগী এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরিনা ইচং থৌনা খুম্মী। "প্রজানা শাবা কা অনিসিদা ক্লাস কম ওইগনি, কা অচৌবহু পার্টিসন তৌরগা পুন্না কা অহুম শুগনি। সলাম ক্ষেত্র সিংহ দোনরনা শাবসিমনা ওফিস, লাইব্রেরী অমসুং ওঝাশিংগী কম্মন কম ওইগনি।" ইন্সপেক্টরনা মথা অমুক তাবকখি—"অহুদি দিগ্রি হাংলগা কমদোৌবা, কা শুরোই" রাফমহু গভর্নিং বোদিনসু য়াথি অহুবু সেসন নংনবা কঙ্চা ওইনা কা অহুম শাদোকনি হায়না ফোংদোকখি। রাফমহু বিপিন পালনা থাজখি। মখা তানা এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরিনা সাইট প্লানগী ব্লুপ্রিন্ট পুথোক্তনা তুং কোইনগী ওইনা পাংথোক্কদবা থৌবাংশিং শন্দোক্লা হায়খি। কলেজগী শঙ লোইশিনবগী থাক য়ৌরকপা অমদি কলেজগীদমক একর ২৫ লম অমা প্রজানা কন্দুনা থম্নম্বা থোইদোক হেন্দোক্লা প্রজা মীয়ামগী

সহযোগ ফংবগী খুদম কয়ামুক কেম্পাস অতুদা ইন্সপেক্টর মশামক্না উরবা অতুদদি কলেজগীদমক অচুম্বা অফবা রিপোর্ট অমা শোয়দনা পীরগরি হায়বগী অনিংবতু তিল্লিবা মীয়ামদা ফোংদোকখি।

১৯৬৯ জুলাই ৯ য়ুমশকৈশা মুমিত্তা কালেন ছুটি লোইরগা কলেজ কানরকপা মতমদা, গৌহাটি ইউনিভরসিটিদগী চিঠি অমা ফংখি। মুংঙাইবা পাওনি থা-মণিপুর কলেজ ককচিংদা টি,ডি,সি, আর্টস ক্লাস হাংবা য়ারগনি হায়বগী পার্মিসন পীরকপনি। হান্নবা ক্লাস ১৯৬৮-৬৯ সেসনগী চংশিনখিবতুসু থোইদোক্না অকায়বা লৈতনবা ইম্ফাল কলেজ প্রিন্সিপালগা তানরগা শিনখ্রবনি। মহৌশাগুম পাংথোক্কবা য়াদবা ৱাফম থর পীরকখি। মরুওইবদি অনিথকনি— ১) ডিগ্রি ক্লাস হাংলবনিনা সবজেক্ট খুদিংগী ওঝা অনি লৈগদবনি অমসুং ২) চৎলিবা সেসনগী মমুংদা মুংখিলগী কলেজ ওন্থোক্তুনা মশাগী বিল্ডিংদা ক্লাস চৎথবা অসিনি। লোয়ননা লৌথংলিবা থবকশিং অতুগী প্রোগ্রেস রিপোর্ট অমা অথুবা মতমদা থারক্লবসু খঙহল্লকখি। ওঝা হেড মাষ্টরনা গভর্নিং বোদি অমদি বিল্ডিং কমিটি অনিগী অপুনবা মিটিং অমা কৌতুনা লম্বী শেমজিন্নবা অমসুং কলেজ বিল্ডিং মপুং ফানা দিসেম্বর থা ফাওবগী মমুংদা লোইশিন্নবা থন্নখি। প্রধানশিংগী মতেং লৌতুনা সোরা ইরেংবন্দগী গুপ্ত ফাওবা বিল্ডিং কমিটি অমদি গভর্নিং বোদিগী অহল ওইরবা মেম্বরশিংনা ফগু থোমজিন্নবা অপুনবা থোংজং অমা চংশিনখি। পৈশা থোমজিনবা খুদক্কী ওইনা লোইশিন্ত্রগসু অকক্লবা মতমগী মমুংদা পীশিল্লক্লবা প্রধানশিংদা দায়ত্ব শিন্নরম্মী। অপুনবা শেনফম নত্রবসু মচিৎ মচিৎ ওইনা কলেজ গভর্নিং বোদিদা লেপ্তুনা থুঙ্গংশিংদগী পীশিন্নরকখি। অম্মুম্না দোনেসন প্রোগ্রাম পাংথোকখিবদা ওঝা হেড মাষ্টরসু সেক্রেটরি অমা ওইনা য়াওরীখি।

সেপ্তেম্বর থা হৌগংলকপদা বিপিন পাল দাস মণিপুরদা লাক্লুনা কলেজশিং য়েংশিনগনি হায়বগী পাও ফংলে। থা-মণিপুর কলেজদনা সেপ্তেম্বর ২৩, ১৯৬৯ দা ইন্সপেক্সন লাক্কনি হায়দুনা খঙহল্লকখি। মতম অসিরাইদদি কলেজগী হিরম খুদিংদা য়াম্না প্রোগ্রেস লৈখিবা মতমনি। গভর্নিং বোর্দি অমদি বিল্ডিং কমিটিগী মিটিংশিং কলেজ কেম্পাসতা ঙাক পাংথোকখি। মেম্বরশিংনস্থু ঙহাক লৈতনা কেম্পাসতা লাক্লুনা য়েংনিংবা মতমনি। অদুম ওইনমক লাক্কদৌরিবা ইন্সপেক্সন অদুগী য়েংদুনা কম্পাউনগী পাক চাওরবা মফম খুদিংমক শেমগৎলুবা ঙমদ্রগস্থু বিল্ডিংগী অকোয়বদা চাইরিবা চেকতেক অমদি উ-রা মফম চানা লোইশিন্দুনা থম্বা লোয়ননা কলেজ লম্বী মওং তানা শেমজিন্দুনা চংথোক-চংশিন য়ানবা শেমজিন্নবা থবক লোখৎপদা পুক্লিং চংবা পাম্নখি। থবক অসি মপুং ফানা পাংথোকপা ঙম্নবা ককচিংদা লৈবা হায়স্কুলশিং অমদি এম, ই, অমস্থুং জুনিয়ার হায়স্কুলগী হেড মাষ্টরশিংদা হায়জদুনা ছাত্র - ছাত্রিগী ওইবা অচৌবা সোসিয়েল সার্ভিস অমা কলেজ কেম্পাসতা পাংথোকনবা শিনখি। সেপ্তেম্বর তাং ১৬, ১৯৬৯ দা ককচিং হায়স্কুল, ৱাইরি জুনিয়ার হায়স্কুল, অমস্থুং ককচিং গার্লস হায়স্কুলগী ছাত্র-ছাত্রিশিংনা অচৌবা সোসিয়েল সার্ভিস অমা পাংথোকখি। কলেজ লম্বী ফজনা শেমজিনবা ঙমখি। বিল্ডিংগী অকোয়বদুস্থু তরু তরু শেংদোকখ্রে। হান্নগী শকফমদগী অঙকপা ফংনা হোংখি পীকচরবস্থু বিল্ডিং অমা লৈরবনিনা মাইথৈ অসোমদা 'কলেজ অমত্তং' হায়বগী মংলান্দু মঙ-ফাওনরকপগী অশেংবা শক্তম অমা উবা ফংখি।

সেপ্তেম্বর তাং ২৩, ১৯৬৯ মুংশিলগী মতমদা বিপিল পাল দাস ইন্সপেক্সনগীদমক থা-মণিপুর কলেজদা অনিরকশুবা ওইনা লাকখি।

হান্নগী মীয়ামগী ওইবা সোসিয়েল সার্ভিসনচিংবা পাংথোকুনা কেম্পস, লম্বী অমদি বিল্ডিংগী অশেংবা শক্তম অমা উহনবা ডয়বা মতম ওইবনা কলেজ গর্ভিনিং বোদি ইন্সপেক্তনগীদমক মহৌশাংগুম য়াম্না লাংতক্লবা ওইদ্রে। ওঝা মশিংগী মতাংদা এডুকেসন সবজেক্তীদমক থর শেমদোক শেমজিন লৈরগস্থু হাংলিবা বিষয়শিংগীদি লৈগদবা মশিং শুরে। মরু ওইরিবা রিজার্ব ফণ্ড শেনফমশুনা বেঙ্কতা থমজিনখ্রে। ব্লাকিং ফণ্ডস্থু ব্লাংত্রে। ছাত্র মশিংদি লৈহন্নিংবা চাং য়ৌদ্রি। অতুম ওইনমক নৌনা লিংখৎলকপা অমদি থর শোংথনা লৈরিবা লমদমগী ওইনদি ইউনিভরসিটিগী নিয়ম থর কোমথোকই। কলেজ কেম্পসতা তিল্লিবা বিল্ডিং অমদি গভর্নিং বোদিগী মেম্বরশিংগী পুক্লিংদস্থু থাজবা অমা পোক্লে মতুদি শোইদনমক ইন্সপেক্তবনা মহাক্না মমাংগী রিপোর্টতা পীরম্বা মেনখৎকদবা মচাকশিংতু শুনা উংপা ডয়ে হায়না য়াবীরগনি।

ইন্সপেক্তনগী থৌরম য়াম্না কুপথত্রে লৈফম থোকপা মরুওইবা মচাকশিং শুনা উরবনিনা। বিপিন পাল মীয়ামগী সহযোগ উবদা তশেংনা পেনবিথি। মহাক্কী থম্মোয়দা থুক লাওখিবা থোদোক অমদি সলাম ক্ষেত্র দোনরনা স্নুংথিল স্নুংশা শাখ্রবা মতমতুদা কলেজ কম্পাউণ্ডগী অকুৎ-অতোং লৈতেম মান্ননবা থোয়দোক্লিবা ত্রেক্করগী তুংইন্নতুনা শেমজিন শাজিন্নবা হোংনরিবা মতৌতুনি। মহাক্কীদমকতি শু-নোম্বা হায়বসি পুন্সিনি। মহাক্না মীনা হায়নবা তৌদনা অনিংবা অমা য়াওনা মথন্তা অচিকপা মফমতুদা শুরিবা মশাগী তুংদা থম্মোয় কায়রবা ব্লারী অমা তুংইন্নবগুম উই। অস্থুম ফোংদোকপদা ব্লারবা ব্লারীশিং বিপিন পালগী মফমদস্থু লীখি ওঝা হেড মাষ্টরনা। মচাম্নুপা অহল পদ্মা গৌহাটি ইউনিভরসিটিদা এম, এস, ফিজিক্স তম্লিনৈদা দিফুদা লৈখিদবগী অম্নাবা ব্লারীনি।

ইন্সপেক্সন মুমিংতুদা ইম্ফালগী মপাল কাংজেবুংদা ইন্দিরা গান্ধীনা মীয়ামদা ভাষন পীবগী থৌরম অমসু পাংথোকখি। মিটিংদা চরাংনবা খোকপদগী মীয়াম কায়তুনা চেন্নবদা অশোক অপন য়াওবগী পাও ককচিং য়ৌরকখি। বিপিন পাল দাস মহাক্কী চাওরাকপা ইন্সপেক্সনগী থবক লোইশিল্লগা রাফম অনিথক থমখি — অহানবদা কলেজগী ক্লাস মশাগী বিল্ডিংদা হোংজিন্দুনা মুংথিলগী ক্লাস য়ারিবমখৈ থুনা চৎথবা, অনিশুবদা, মতমত্তুদা মণিপুর সরকারগী ওইবা গ্রান্ট-ইন-এদ রুলস শেম্নবনিনা নিয়মগী মতুংইন্না গভর্নিং বোদি শেমদোকপা হায়বসিনি। থোইদোক্লা অরুবা য়াওদে, মেম্বরশিংনসু শোইদনা 'পাংথোকপা ঙম্লগনি থনখি।

ইং ১৯৬৯ গী ডিসেম্বর থা লোইশিল্লমদাই শাগৎলিবা কলেজ বিল্ডিংগী দোনেসন খোমজিনবগী থবকসু মপুং ফারকপা শঙ শাবসু লোইশিল্লরুবা মতমদা গভর্নিং বোদি অমদি বিল্ডিং কমিটি অনিগী অপুনবা মিটিং অমা ফমত্তুনা কলেজ শঙ্গাবগী অমদি গভর্নিং বোদি শেম্নবগী রারোল থম্নখি। কলেজ শঙ্গাবগী মতম লেপ্পবা অমদি থৌরাংশিং পাংথোক্লবা রিসেপসন কমিটি অমসু শেমখি। অফবা মুমিং অমা অথঙ-অহৈ তানরবা তুংদা ইং ১৯৭০ গী ফেব্রুয়ারি তাং ১১ গী অয়ুক্কী পুংফমদা কলেজ শঙ্গানবা মতম লেপখি। মীয়ামগী অচৌবা সভা অমগা লোয়ননা মতমত্তুগী মণিপুরগী লেপ্টনেন্ট গভরনর ওইবীরম্বা শ্রীদি, আর কোহলিনা অথোইবা অতিথি ওইবীত্তুনা প্রজাশিংগী হুমাংমনতনা শাগৎখিবা অরাংবা থাক্কী মহৈ-মশিং তম্ফম ওইহৌরগদবা বিদ্যা মন্দির মঙ্গল অশির্ব্বাদকা লোয়ননা শঙ্গাবীখি। দি,আর কোহলি মহাক্কী সহধর্ম্মীনিসু লোইনবীরকখি। মহাক্কী শঙ্গাবগী ভাষন ওঝা গৌরহরিনা মৈতৈলোন্দা হন্দোক্তুনা মীয়ামদা তাহনখি।

শঙ্গাখ্রবা মতুংদগীদি কলেজগী থবক ইথ্বাং অয়াম্বা নৌনা শেম্নবা গভর্নিং বোদিদা শিন্নখি। ওঝা করিগুম্বা মওং অমদা মশাগী শ্বার্থ য়েংতনা থবক তৌখিদে। গুন অতুমক চেনবদগী মহাক্না লুচিংবা অমা ওইনা লমদম অসিগী স্কুল, কলেজ শেমগৎলকপদা প্রজা মীয়াম্না মহাক্কী তুং ইনবা চিংনখিদে। মীয়ামগী অপাম্বা অনিংবা য়েংদনা তৌনিংবতা তৌবা মীতাঙ্গ ওঝা ওইখিদে। থুঙ্গং অমা ওইবগী তৌনশা কাংলুপ শ'গৈগী ওইবা রাজনিতিগী, ধর্ম্মনিতিগী, সমাজগী থৌদোক কয়াদা মুক্রবগী রাথল ককচিংদসু অতুম লৈখি। অতুগুম্বা মতমদা অমদি থৌদোকশিংদা ককচিং হায়স্কুল অমদি কলেজগী থবক ইথ্বাংদা কাংলুপকী ওইবা ঈথিল পীহনখিদে।

"মীয়ামগীদমক ফগদবা ওইববদি ঐথোয় লিংজেন মাম্লনা পুল্লসি।" হায়বা রাথল্লোন ককচিংদা ওঝা গৌরহরিনা তুমিন্না চাংয়েং অমা তৌখিবগুম ফাওই। মরমদি অচৌবা মহৈ তম্ফম অনি লিংথংখ্রবা তুংদা ককচিংগী চাওথং থৌরম কয়া পায়থংপদা ময়াম পুন্না চংশিনমিন্নবগী থৌনা লিংজেন তোপ-তোপ্পা, শক্তমসি অতৈ থুল্লোম্লবশিংনা অফবা ওইনা ভাঙনৈ। অমুম্না হৌখ্রবা অহল-লমনশিংনা য়োকথংপীরম্বা রাথল্লোন হৌজিক্কী মীরোলশিংনা মসিগীদমক হিংগদবনি। অতাঙবা লন অমনি হায়না নিংফম থোকই।





১৯৬৮ গী জুন ১০ স্নানযাত্রা নুমিৎতা খা-মণিপুর কলেজ বিল্ডিংগী যাত্রা হুনবগী শক্তম।



কলেজগী লম দিমারকেসন তৌবগা লোইননা ছাত্র-ছাত্রিশিংনা কলেজ চঙ্‌ফমগী লম্বী থোনবগী শক্তম অমা।



যাত্রা হুনবগী থৌরমদা ওজা গৌরহরিনা ৱা ঙাঙ্বা।



খা-মণিপুর কলেজ হৌগৎলকপগী ককচিং হায়স্কুলদা নুমিদাংবাইরম ক্লাস চৎথরিঙৈ মতমদা লৈখিবা ছাত্র-ছাত্রিশিং।



কলেজ বিল্ডিং শঙ্গাবগী থৌরমদা প্রিন্সিপাল ওইনা পুবীরম্বা মুতুম অমুতোম্বী সিংহনা ৱা ঙাঙ্বা। ফেব্রুৱারি তাং ১১, ১৯৭০ দা শঙ্গাবগী থৌরমদা মতমদুগী লেফটেনেন্ট গভর্নর ডি. আর. কোহলিনা অথোইবা অতিথি ওইখি, মহাক্কী সহধর্ম্মীনিসু লোইনরকখি।



১৯৬৯ ডিসেম্বর থাদা কলেজ বিল্ডিং লোইশিল্লকপগী শক্তম।




১৯৯১, জুলাই ২৭ তা পাংথোকখিবা খা-মণিপুর কলেজগী সিলভর জুবীলি সেলেব্রেসনদা ওজা গৌরহরিনা শকক য়াবীখিবগী শক্তম অমা।



খা-মণিপুর কলেজ গেট অমসুং চঙ্ফম লম্বী।



ওজা গৌরহরি লৈখিদবগী অৱাবা ফোঙ্‌দোকপা সভা অমা ককচিং ম্যুনিসিপাল কমপোজিৎ হোলদা পাংথোকখিবা থৌরমদা ওজাগা মতম কুইনা লোয়নবীরকপা ককচিং হায় স্কুলগী এসিস্টেন্ট টিচর (রিটায়ার্দ) ৱাই. তেজেন্দ্রনা থম্মোয় শোক্লা অৱাবা ফোঙ্‌দোকপগী ৱারোল পীবা।



ককচিং হায় স্কুলগী কেম্পসকী শক্তম অমা।

# ৩

# পোঙাখিবা

ওঝানা ককচিং থাদোক্তুনা চংথিবা মতুং চহি ১০ মুক হৌখ্রে। থা-মণিপুর কলেজসু সরকারগী কলেজ ওইখ্রবনিনা অহোংবা ফনা য়াম্না লৈরে। মণিপুরগী অচোবা কলেজশিংগী মন্নুংদা অমা ওইরবনি। মহৈরোয় মশিং লাকওমদনা পুথোকখ্রে অফ-ফত্ত য়াম্ননা। খওহৌদে লেপ্তুনা চেন্থরক্লিবা মতমগী ঈচেল ইরোয়ননা চহি ২৫ জাতিগী সেবা তৌবা মপুং ফারক্লতুনা চীক্লা ভাঙ্গোয়রিবী বিদ্যা মণ্ডির থা-মণিপুর কলেজ চহি ২৫ শুবগী সিলভর জুবীলী পাংথোক্লবা মতমসু য়ৌরকখি। ইং ১৯৯১ জুলাই তাং ২৭ তা শ্রীথোইদিংজম তোম্বী সিংহ প্রিন্সিপালগী লুচিং মথাদা সেলেব্রেসন মপুং ফানা পাংথোক্লবা থৌরাং তৌখি। মতমসিদদি অহল ওইনা কলেজ লিংখৎপদা থন্নাই য়াওবীথিবা এদ হোক গভর্নিং অমদি বিল্ডিং কমিটিগী মেম্বরশিং খরদি লৈখিদ্রে। য়াম্না অহল ওইরবসু হিংলিবা ফাউণ্ডর মেম্বরশিংদি য়ারিমথৈ ফংসন অসিদা য়াওহনসি হায়বগী অপাম্বা ফোংদোক্লরকখি। সেলেব্রেসন কমিটিনা মেম্বরশিংগী লিষ্ট অমা শেমদুনা বার্ত্তন চিংথদনা তৌখি। ওঝা গৌরহরিসু ফাউণ্ডর সেক্রেটরি অমা ওইনা ফংসন অসিদা লাকপীনবা হায়জরুবদা য়াবীরকখি। হকচাংদি থর ময়েং তারে অহুবু ককচিংদা অমুক্তং লাক্তুনা কলেজ য়েংনিংবগী ইথৌ লাংবদি ফোংদোরকখি।

সিলভর জুবীলী সেলেব্রেসন ফজনা পাংথোকখি। ওঝা হেড মাষ্টরম্মু মতম চানা য়োবীরকখি। তিল্লিবা মীয়ামগী মরক্তুগী থুঙ্গংসিগী ওঝাগা তিন্নবীরম্বা অমদি ওঝাগী অরিবা ছাত্রশিং ময়াম অমা থোরক্তুনা ওঝাবু তরাম্না ওকখি হৌনবী ব্যাবহার লোয়নননা। মতম অমদা পাক চাওরবা লম্হাং ওইনা লৈহৌবনি। অদুবু থঙহৌদনা ওইরকখিবা অওনবা শক্তমশিংহুনা ওঝাগী পুক্কিং হরাও-তুজুংহনখি। মশাগী থুংমক্না থোনবা য়াওখিবা অদুগুম্বা কলেজ চঙফম লম্বী, নাকল অনিদা হৌরিবা নিংথিজরবা উ-পাম্বীশিং, য়েংউ-য়েংউবা খুদিং ওঝাদদি পুন্নিং মুংশিনিঙাই দৃশ্যা ভাক ওইখি। মতম কুইনা উনরুদ্রবা মরুপশিং উনবগী হরাওবা, মুংশিনা তিন্নরম্বা কয়া অমা উব ফংদবগী অরাবা ফোংদোকফম থঙদ্রবা রারীনা ওঝাগী থম্মোয় থুন্মংখি। পাংথোক্লিবা থোরমগী শরুক অমা ওইনা ওঝাবু রাফম থর ফোংদোকপীনবা হায়জবদা য়াবীহুনা তপ্পা তপ্পা, য়াম্না রানা ষ্টেজদা কাখৎলকখি। তেম্ভক্না খা-মণিপুর কলেজ চাওখৎলকপগী মওং মতৌদা অমম্মুং মহাক্না ফংসন অদু য়াওবা ফংবগী মুংঙাইবা অমদি অপেনবা ফোংদোকপীখি। ওঝাগী রাহৈ অমদা রারী মশিং লাকভমদনা য়াওখি থুঙ্গংসিগী, মীয়ামসিগী অমম্মুং বিদ্যা মণ্ডিরসিগী।

ককচিংদা সিলভর জুবীলী সেলেব্রেসন য়াওবা লাকখিবা মতুং চহি অনিমুক লৈরগা ওঝা হেড মাষ্টর গৌরহরি ইং ১৯৯৩ দা থবক্তুগী পোথাখি। চহি অহল ওইশিল্লকপনে অদুগা দাইবেতিসকী অনাবা অমগা লৈবদগী হকচাংগী ফিভম শোকচিল্লকখি। কনাগুম্বা ককচিংগী মীওইশিং ইম্ফাল ট্রেজরি ওফিসতা পেন্সন তান্নবগী চৎপদা করিগুম্বা ওঝাগা উনবা থোক্লবদি ভহাক্তম্মু হরাওনা রারী শানবগী পাও মরক

মরক্তা তাখি। ককচিংগী মরম অমদি মহাক্কা তিন্নখিবা মরুপশিংগী মরমদনা মপুং ওইবা রারীনি ওঝানা য়াম্না পামজনা তানিংবা। উনরম্বা খুদিংনা ওঝাগী হকচাং ময়েং য়াম্না তাবা অমদি চোকথনা উবগী শকফমদি মুংঙাইতনা শোন্নে।

ইং ১৯৯৮গী ফেব্রুয়ারী তাং ৯ দা ওঝা হেড মাষ্টর গৌরহরি সংসারদগী বিদাই লৌখি। মহাক লৈখিদবগী পাও হেক তাবদা ককচিং হায়স্কুল অডনবা মতমগী মহৈবোয়শিং ওঝাশিং, পব্লিক লিদরশিং অরাবা ওইখি। ওঝাগী আত্মাদা ইকাইখুম্নবা উৎপা শোক প্রকাস সভা অমা কম্পোজিৎ হোলদা পাংথোক্লবা থম্নখি। মীয়ামদা পাওজেল পীবগা লোয়ননা ফেব্রুয়ারি তাং ১৪ গী মুংথিল পুং ১ তাবা মতমদা য়েংখোম তেজেন্দ্র সিংহ রিটায়ার্দ এসিষ্টেন্ট টিচরনা সভাপতি ওইদুনা পা·থোকখি। অরাবা ফোংদোকপগী মিটিংদুদা ককচিংগী মরুওইবা মীওইশিং থরনা ওঝানা ককচিংগীদমক তৌবীরম্বা থোইদোক হেন্দোকপা থবকশিং শিংথাদুনা ওঝাগী আত্মাদা ইকাইখুম্নবা উৎখি।

"ওঝা লৈখিদবগী পাওসি হেক তাবদা থম্মোয়দা থুক লাওবা ফাওখি। থবর পানা পানা ওঝাগী শকফমদু মাঙদা উরকখি। অহানবা ককচিং হায়স্কুলদা লাকপদা অমুক মশক ফজবা মীওইসি কয়া য়াম্না লৈরমখিগদগে খল্লকখি। ওঝানা স্কুল থাদোকুনা চৎলমদাই ফাওবদা লমদমসি থাদোকুনা চৎনিংদবা মঙোন্দা ফাওবদু ঐদি খঙখি।"

নাওরেম কৃষ্ণবাপু সিংহ

"ঐখোয়না ওঝা হেড মাষ্টর হায়রগা ওঝা গৌরহরিবু থঙনখিবসিগী মরমদি মহাক্কী রারক চেংপা, মহাক্কী খোঞ্জেল তাবদা ঐখোয় থুদিংমক কিদুনা ইশা ইশাগী থবক্তা ওনশিন্দুনা লৈনৈ। ... ... ... .... .... ওঝাসি অচুম্বা য়াম্না পাম্বা শাজিন্নবসি য়ানিংদবা মীওই অমস্থনি। মসিগী প্রমান য়াম্না লৈখ্রে।"

পুখ্রম্বম নিমাই সিংহ

"স্কুল ১৯২১ দা রাংথৈ মৈহৌবম লৈকাইদা পোকখি হায়। মচিন মনাও মরিগী য়াইমনি। য়াম্না মুংঙাইনা হৌরকপা ইমুংনি। অদুবু ককচিংদা ইনা কুপ্পা য়ুম মচা অমদা লৈদুনা প্রজাশিংগী চাওথংনবা হোৎনবীরম্মী। ককচিংদা মহৈ মশিং মৈরা চুখৎপীরম্মী।"

ময়াংলম্বম নিলমনি সিংহ

"১৯৫২ দা লাক্লগা ১৯৮০ দা হনখি। ঐখোয়না ঐখোয়গীদমক কখোক্লম্বা মীওইসি নিংশিংবা তাবনি ওঝানা অঙাং লোয়নবদা গার্জিয়ান অমগী মওংদা লোয়নৈ। ১৯৫৬ তা উরিষ্যা চৎপদা বাহুগুনাহ কৌবা ওফিসার অমা উনৈ। মহাক্না ওঝা গৌরহরিবু **'Fine Man'** হায়না শিংথাখি। ট্রেজরি ওফিস ইম্ফালদা উনবদস্থ ককচিংগী মীওই কয়াগী মরমদা হংলকখি। ককচিং কাওদে হায়বদু থঙই।"

নাওরেম কালিমোহন সিংহ

"ওঝানা ককচিংদা লাকপা মতমদদি মণিপুরদা বি,এ, য়াম্না তাঙবা মতমনি। পৈশাম্ সতিকচানা পীদবা ইম্ফালদগী য়াম্না লাপপ্রবা মফমসিদা কখোকপগী রাথল অমগা লোয়ননা লাকখিবনি। অতোপ্পশিংদি হেন্না ফবা থবক্তীদমক চংনখি অদুবু মহাক্তি চংতনা ককচিংবু সেবা তৌখি।"

রাই, থম্বাল সিংহ

"মুংঙাইবা মীওই অমা ওইনা ওইজবা থাদোক্তুনা ককচিংগীদমক থনখিবা মীওইনি। মহাক্কী থাঙবা কনবগী গুন থোইদোক্লা শিংথা-নিঙাই ওই।"

নোংমাইথেম যাত্রা সিংহ

"ককচিং লমদমগী লাইব্রিক লাইশু হৈরবা মীওই থুদিংমক ওঝানা শেম্বীরম্বনি হায়না লৌই।"

ডাঃ নাওরেম গিরিধারি সিংহ

"ইম্ফালদা পোকচরবসু পুন্সিগী অয়াম্বা শরুক্তি ককচিংগী চাওথং থোঙথাংদা কখোকপীথ্রবা মীওই অমনি ওঝা গৌরহরি।"

নাওরেম গন্ধার

"ওঝা লৈৰিদবগী পাও তাবদা ওঝা ওইমিন্নরিবৈ পুন্সি নিংশিহল্লি। মহাক্কী হোৎনজমল্লা মরম ওইরদুনা ককচিং হায়স্কুল মণিপুরগী মফমদা শিংথাবা য়াই। স্কুলসি থাদোক্তুনা চংথ্রবা মতুংদসু ককচিংগীদমক হুংশিনা শোনবীরকই।"

য়েংখোম তেজেন্দ্রা সিংহ

লৌশিং মৈরা চুথংপীদুনা খুঙ্গাশিংবু মিং-মায় পাংহনবীরম্বা ওঝা গৌরহরি মহাক্কী যৌবনগী মমল য়াম্লবা চহি কয়া ককচিংদা লৈবীদুনা মহাক্না শেমগৎ শাগৎপীরম্বা মহৈ-তম্ফমশঙশিং ঙসিদি লোম্বা নাইদ্রবা মতমগী খোঙচত্তা চীং-লেম্না খোঙফম চেৎনা লেপ্পা ঙম্লরে। অচম্বা ওঝা অমা ওইনা লাকখি মীনা থঙবীদ্রবা খুঙ্গং অমদা। পাঙথোকপীরম্বা থবক্কী মহৈনা বুদ্ধি লৌশিং চঙথোনবা মহৈরোয় কয়া পুথোক্কুনা মাইগৈ মরিদা শন্দোকখ্রে। মুৎনাইদনা, কানথোকপা য়াদ্রবা ইতিহাসকী তাঙ্কক অমা ওইদুনা লৈহৌরগনি মহৈ-মশিংগী চাওখৎ লম্বীদা লমদমসিদা ওঝা গৌরহরি।

পুন্সি শিন্দ্বা পাংথোকপা লোইরদুনা
ঈশ্বরগী খুয়া তানখ্রবা
ওঝাগী আত্মা, শান্তি ওইরসনু।

ওঁ শান্তি, শান্তি, শান্তি।

৭।১০।Mav

———

**হান্না থোকখ্রবা লাইরিকশিং :-**

১। ককচিং সোসিও ইকনমিক সর্ভে

২। নেলসন মন্দেলা

৩। শক্লাইবশিং অমসুং নুঙওঙ্গী ৱারী

৪। পণ্ডিত অমুয়াইমা হিজ লাইফ এণ্ড ৱার্কস

৫। ককচিং